# কলম্বস

অইব'—

নিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ
শীংজমৈ, ওক্রম লৈকাই।



[ মমল—রুপা ৪'৫০

# ৱারোল খরদং

ঙসিগী মাইং পদার পাররিব অমেরিকা হুসি মালেমগী ভোঙানবা সংসার অমদা লৈরম্মী। অদুদু শ্রীতোম্বা কংজমন মানা হোৎনজুনা পুথোকখি। মাগী থৌদিদং রঙব উৎনবা মাগী পুন্সি ঝাগী অসি ঐনা লাংহোক্চরি। লাইরিক অসি ছাপা নম্বদা মণিপুর সরকারনা মতেং পাংবগীদমক সন্দান হোনশিনরি।

অইবা

# কলম্বস।

## সমুদ্রনা কৌবা

জেনোয়া শহরদা, সমুদ্র খোংবান্দা — ঙসি ঙরাংগী রাকম নত্তে, ঙসিদগীনা চহি চামঙারোমগী মমাংদা, নোংমা নুমিৎ-য়ুংবা মতুংদা নুপাম্চা অহুমনে, নুপীমচা অমনে তুমিন্না য়েংছুনা লৈরম্মী। খোংবান্দুদা অচৌবা, মচা মশক মশা খ'দবা হি কয়'মুক থাংলরি—অঙাংশিং অদুনা মতুৎ তুমিন্না য়েংলি।

নিংতৌগী মখোয়না নুমিৎয়ুংবা মতুংদনি ময়ুম হন্দোক্লুনা সমুদ্র খোংবানসিদা হি য়েংগদবগী চেল্লকপসে। ঙোরোক-ঙোরোক ঙোবা পালশিং অদুনা মুংশিংনা য়ৌবদা ইনোম নোমদুনা লৈরি, অদিগা লোইনা অঙাংশিংদুগী মপুক্লিংস্ত ইনোমনোম্মি,—মখোয়সিবু কদাই-দগী লাক্লিবা অদুগা কদায়দা চংখিগদৌবা। ঙসি লাক্লুনা উরিবা মখোয়সে হয়েং লাক্লুনা য়েংলবদদি হেক্তা চংখিরম্মী। কদায়দা চৎখ্রিবনোনে মখোয়দুবো?

অঙাংশিংসিগী মমুংদা অঙাং অমনা খ্বাইদগী ইহেল হেল্লি হরাওজবা। হিশিং অদুনা মাবু চিংবগুম তৌরি। হিশিং অদুনা শংবান্নবা পাক্লবা ঈপাক্কগী মশক হেক উখিদবগা অঙাংসিগী মপুক্লিং অদো মদুগা লোয়ননা অস্তুম অস্তুম হেক্তা মচংখি। চংখিবা হি অদোমদা চাদৌগুম য়েংছুনা মহাক্কি লৈবন্নি—

মানা য়েংলিবসি ঈথক ঈপোমগী মরুমদা পিক্লবা উচেক মচাদোগুম হিশিং অদুনা চংখিদুনা হেক মশক উখিক্লিফাওবনি।

মথং মথং মহাক্কী লুংঙাইজবদো অসুম অসুম হেক্লংচরম্মী, করি অমুক্ত হায়গনি মাগী ফিজেৎ-চাকচা ফাওবা হিহোনবশিং অদুগী ফিজেৎ-চাকচা অদুগ মাম্লনা শেংলম্মী; খংনিংলম্মী—কদায়দগী মখোয়শিংসি লাক্লিবা অদুগ মখোয় কদায়দা চংখিগদবা? সমুদ্রগী অসোম য়াংমদা করি লৈবা ...... ... তশেংবা ঈশিংগী ঈশিং ওাক্তবনে? ঈশিং অসিবু লোঙ-থম' নাইদবা জাংলনে? অশোম য়াংমদা দেশ অমত্তা লৈত্রবা জাংলা?

হিহোনবশিংনা য়ারি শানৈ, সমুদ্রগী ময়াইদা মশকখংদবা দেশ কয়াগী য়ারী, নিংথিজগ্রবা দেশ, মীওই-মীতৌ ফজখ্রবা মীশিং মকম অদুগী, মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ ফজগ্রবা। সুপা-মচাদো ওকপনি মদু তাবদা......মপুক্লিং ওস্থোক্লা চংনা তাংখ্রে........ তানা তানা মপুক্তা খঙ্গরকই সমুদ্রগী ঈয়াংমদা কনানো অমনা মাবু কৌরিত্রা?

অসিগুম্বা হয়াওজরিবা অঙাং অসিগী মমিং—কলম্বস কৌই, অদুগা মাগা লোইনরিবশিংসিনা মাগী মনাওশিং, মচনমুপী অমথক্লি।

ইতালীগী ফাওরবা বন্দর জেনোয়া শহরদা য়ুম অমথক্লি, মদুদা ফীশাবা অমথক লৈরম্মী। ফীশাবসিগী মচানুপা অহুম, মচানুপী অমনি। মচিম্মনাও অহুম অসিগী মমিংনা মথংশিংনা ক্রিষ্টফর কলম্বস, বর্থোলমিউ অমসুং দিয়িগো কৌই। মতম অসিদা জেনোয়া শহর অসিগী, অসিগুম্বা ইচম চম্বা ফীশাবা

অসিনা খঙ্লক্লবফাওবা ওমজরম্বা নত্তেনে—মহুদি, অসিগুম্বা য়ুমদাকৈদা অসিদা, অসিগুম্বা পৃথ্বি অঙ্খাই অসিগা অতোপ্পা ভংখাই অমগা শকথংনহন্দুনা হৌজিকী সভ্যতাগী অশেংবা মশক শন্দোক্লবদা মতেং পাংনহন্দুনা তাইবং অসিদা লেংদবা মিংচৎ উরোং খিনগুম্বা নীপা অমা পোক্লগনি হায়বসে।

ফীশাবগী মচাদি ফীশাবা ওইগল্লি, মসি মহৌশাদগী চৎনরক্কুম মতৌরকই। অসিগুম্বা ফীশাবগী মচা অসিনা থোইনা মচাবু লাইরিক-লাইগু তম্নবগী থৌরাং তৌদে। অদুবু, হিসাবলুংসাব অঙ্কক তৌবা ঙম্নবা, মমিং মথা ইবা তুক ঙম্নবা অসি কাওবদংদি দরকাররনি—মরমদুনা কলম্বসকী মপানা মচাবু ফীশাশংদা থাজিন্দ্রিবৈদা মতম খরদংগীদমক পাঠশালাদা থাজিল্লম্মী।

পাঠশালাদা মতম খরদং তম্লবা তুংদা, খ্বাইনা উরে, অঙাং অসিগী খ্বাইদগী থোইদোকপা মগুণ অমা লৈ হায়বসে। মথুং ওন্থোক্লা ফজক্লে, মহু হেক উবদা অঙাং মচা অমনা ইবনি হায়বসি থাজদে। য়ুরোন-কৈরোম্নবনা কলম্বসগী মপাদা হায়রমে, নংগী নচাসিগী মথুং ফজবা মতৌ অসি উবদি, শোয়রোই, মহাকসে অচৌবা মুপা অমদি ওইরগদবনি।

কলম্বসসি চুম্নগী মথুং ফজবদা নৎহিক্তি, অফ কৈ, লাই য়েকপনচিংবদসু অঙাং খুদিংমক্তগী মহাক্লা চংখোল্লি। মতম অদুদা নিংথিনা লাইরিক-লাইগু তম্বা পাম্লবা মীওইবা ল্যাটিন লোল তমগদবনি। মরমদি, মতম অদুদা ইউরোপতা জ্ঞানবিজ্ঞানগী অফবা লাইরিকশিং হেক লৈরিবশিংদো ল্যাটিন লোন্দা

ইবা ঙাক্তনি। কলম্বসনা অমুক অঙাং ওইরিবৈঙনা ল্যাটিন লোনবু কজনা হৈদোকখি, মদু উবদা অহন ফাওনা পুমণক ঙরুখি।

অঙাং ওইরিবৈগী জেনোয়া-বন্দরদা জহাজশিংনা লাকপ-চৎখিবা য়েংনা য়েংনা কলম্বসকী মপুক্কিংদা শাখিনা পামশিনখিবদি, মহাক হিরোয় ওইনিংবনি, হিরোয়শিংদুগী মতোঁগুম্না মহাকসু সমুদ্রগী খোংবান্দা কোইচৎ চৎপনি। অকবা হিরোয় ওইবা তারবদি, ভূগোল খংবা তাই, আকাশকী থরান্মিচাকশিংগী মরমদসু কজনা খংজিনবা তাই। মরমদি মতম অদুফাওবা আকাশকী থরান্মিচাক য়েংলগা হিরোয়শিংনা সমুদ্র ময়াইদা মাইকৈ লেপনৈ। মরম অসিনা অঙাং ওইরিবৈদগী মতোম্মতা হোৎনজদুনা মংক্লা ভূগোল অমসুং জ্যোতিষগী বিদ্যা খংজিন্নবা লাক্লম্মী। অদুবু চুন্নগী লাইরিক্তংদা পাদুনা হিরোয় অমা ওইবদি ওইথোক্তে। ঈশিংদা কূমদনা, ঈরোয়বা হৈতবগুম হিদা তোংদুনা হিবু হোল্ল-ত্রবদি হিরোয় অমা ওইঙমদে। স্কুল তমলিবৈদসু খুদোং চাবা মতম ফংবদা কলম্বসনা হি তোংদুনা হোম্দোক হোনজিন তৌরু-বসু ময়াওরুই।

মতম অদুদা সমুদ্রগী খোংচৎ অসি অদুক য়াম্না শাংনা লমশাং ওইবা খোংচত্তা চৎনরমদে। মুরুগী পাললগী মতেংদনা জহাজ নত্রগা হিনা সমুদ্রগী মনুংদা য়াম্না শাংনা চৎপা ওম্বগী খৌনাসু লৈরমদে। মতম অদুগী ইউরোপতা লৈবা মীশিংনা আমেরিকা, অষ্ট্রেলিয়া অমদি খা-আফ্রিকা লৈ হায়বসি খংনরমদ্রি। ইউরোপকী হিরোয়শিংনা সমুদ্র খোংবান্দা লৈবা বন্দরশিংদদা

চংখোক-চংশিন মতৌনরম্মী। মতম অদুগী য়া ঐখোয়না পনবা তারবদি, মতম অদুদা ইউরোপকী মতুংদা পোর্তুগিজশিংনা খাইদগী হি-হোনবা হৈবা কাংবু ওইরম্মী। মখোয়গী মতুংদা মখোনা লৈবা হি-য়োয়শিং অদুনা সমুদ্রগী সম্বীদা লপোয়রবগীদমক চংখোক চংশিন তৌরম্মী।

অসিগুম্বা শাংলবা লমশাং অসিগী লমথৈদি, অয়াং-আফ্রিকা অমসুং নোংচুপ আফ্রিকাগী শরুক থয়া অসিনি। খা-আফ্রিকা হায়বসে মতম অদুদা শুকথং থংনদ্রি মখোয়না। হায়রিবা শাংলবা লমশাং অসিদগী মখোনানা, হেক অয়াকপশিং অপুম্বদো মখোয়চুগী মতুংদগী অয়াম্বদি অমুক হন্নবিদবা ঙাকতনি। মরম অসিদগী অচম্বা হিয়োয়শিংনা খোইনা পংলাপ লাপনা চংকে হায়বগী মখোনা পোকচমদে।

তৌইগুম্বসুং ভূগোলবু নৈনরগা মতম অদুদা বিজ্ঞানীশিংগী মরক্তগী কাংবু অমনা অম্বুম্না হায়নবা হৌরকলে মদুদি, পৃথিবীসে তুম্বক তুম্মী। হায়গী মীশিংনা থাজনরিবনা, ঐখোয়গী পৃথিবী অসে থপাকপা চে মকক অমগুম্বনি, ঈপাক পাকপা; তৌই-গুম্বসুং মথং মথং মীশিংগী মপুক্তা থাজবসি হোংনরক্লে। বিজ্ঞানী-শিংনা অমদগী অমা, অমদগী অমা, অম্বুম্না প্রমাণ মথং মথং থিবদা কংনরকলে। মখোয়না থংলক্লে মদুদি, ঐখোয়গী পৃথিবী অদি বোলগী মতৌগুম্না মতুম তাবা পোং অমনি। পৃথিবী অসিনা বোলগী মতৌগুম্না মতুম তারবদি শোয়দনমক পৃথিবীগী মকম অমদগী থোংহৌদুনা অমুম চুমজিং চংগ্রবদি হায়গী মকম

অদুদা শোয়দনা থুংলুগনি! তৌইগুম্বন্নুং কনানা মদু থবকনা উৎতুনা প্রমাণ তৌভমগদোবা? অসিগুম্বা ভাবনা শাবা প্রমাণ অসিদা থাজতুনা কনাগী মথ্বাইবু কৎভমগদোবা?

মতম অসিদা ইউরোপকী মীশিংনা থাজনরম্বদি, মথোয়গী মকমদগী য়াম্না হেক লাপ্পা দেশতি এশিয়ানি। মথোয়না থাজ-রম্বদি ইউরোপকী সমুদ্র খোংবান্দগী মমাই মনিং পাংনা কনা-গুম্বনা আটলান্টিক মহাসাগরদা চুমত্রিং চৎখ্রবা, অদু ওইরবদি শেয়দনা এশিয়াদা থুংগনি। মরমদি, মতম অদুদা মথোয়না ইউরোপ অমদি এশিয়াগী মরক্তা আমেরিকা কৌবা অচৌবা মহাদেশ অমা লৈরি হায়বসি খংলমদ্রি; অয়াম্বা বিজ্ঞানীশিংনা ইরকপদগী মীশিং অদুনা সুক্নগী মসিদদা মরেপ্পরম্মী মদুদি, আট-লান্টিক মহাসাগর য়াংমদা এশিয়া লৈ। তৌইগুম্বন্নুং আট-লান্টিক মহাসাগরবু কনানোনে লাল্লুগদবসিবো?

যুগ-যুগ কয়াদগী হায়রিবা আটলান্টিক মহাসাগর অসিগী মনুংগী লমদাংশিংবু মীওইবনা কীপ্রবা মিয়েং অমনা য়েংতুনা লাকলিবনি। মথোয়না কীরিবা মকী অসে মরম লৈতবদি নৎ-হিক্লি। পৃথিবীগী লৈশা (লৈবাক মকম) অসি থাদুনা হায়রিবা সমুদ্রগী ঈমুংবুং অসিদা লাপ্পা চৎকে হায়না মথৌনা ককবা মথোয় অদো শোয়দনা মৃত্যুগী মথয়াংতা তাগনি হায়বসি জগৎনা প্রমাণ চাওনা পীতুনা লৈরিবা পোৎনি। হায়রিবা মহাসাগর অসিগী মবুক মনুং অসিদি মৃত্যুগী য়াকাবুং ওইরিবা মকমনি, অকনবা নোং-মুংশিং, ঈশিংগী ডাকু অমদি অকীবগী মশক ফংলবা ঈশিংগী

জীবনা থুল্লিংখা। মকম অসিগী মকম খংব্রবা ঈশিংগী রাজ্যসিগী মতৌদি— নোংপোককমনি, নোংলৈ মুংশিংকী শান্নকমনি। মকম অসিগী মুংশিংতা, শিনিংঙাই ওইরবা শংবান্নবা ঈশিং ঈমুংবুংদা অকীবগী মশক কংলবা ঈশিংগী জীব, মথোয়গী হোন্দোরকপা মনিংশা খ্বরনা হু পুন্নবা মুংশিং ওইনা শিংজিবনি, মথোয়গী চ অমুক্তং কাম্মকপগা লোয়ননা মীনম তারবদি পুময়োং হেক্তা য়োংঙম্বনি।

কনা কনাগুম্বা হি-য়োয়শিংনা নত্ত্রনে, অরাপ্পদগী অসিগুম্বা ঈশিংগী জীবশিংগী মমৈ অমুক্তং হাইন্নকপদা মথোয়গী হি অদো হুঃ হল্লকপা? কনা কনাগুম্বা হি-রোম্নশিংনা নত্ত্রনে। নোংজু খাদা নোংলুম চুপকে তান্নরিবা ঈথক্কী মতোন উবদা মমিং খংদ্রিবা মকমগী লমদম য়োৌনিংবগী আশা খাদোকউ হায়বগী ইঙ্গিতনি হায়না হম্নরকপদো?

অড়ুগা অমুক কনা কনাগুম্বা মথৌনা লৈবা হি-য়োয়শিংনা খল্লম্মী, পৃথিবীনা মতুম তাব্রবদি, চেবাংগুম্না লৈতেম মান্নরবদি শোয়দনা খর লাপনা চৎলগা সীমানাগী অরোইবা অমদি লাকনি ..........মকম অড়ুদা জহাজ অসি কদাইদনো অমদি শোয়দনা তাখিগনি!

কলম্বসনা সমুদ্রগী শংবান্নবা ঈশিংবু য়েংনা য়েংনা অস্তুম অস্তুম চাওরকপগা লোইনবা মাগী অকোইবদা লৈরিবা সমুদ্রস্থ অস্তুম্না অকীবগী শক্তম লোৎলক্লে। মীশিংগী মপুক্রিংদা হংনিংবদি পোব্রগা, অকীবা অমা পোব্রবা রাকম অহু মাগী মপুক্রিংদদি

হংনিং-খংনিংবা অমা চান্নবা পোক্লে। পৃথিবীগী শকক্তম্না মতম ভারবা······ ভূগোলনা হায়রিবা অদুনা মচুম্মবা—অদু ওইরবদি মহাসাগর অসিগী অসোম মাংখদা শোয়দনা পৃথিবীগী লৈপা লৈরি অমসুং হায়রিবা পৃথিবীগী লৈপা অসে এশিয়ানি, ভারতবর্ষনা লৈরিবা লৈপাক অদুদা সনা কংগ্লনি—জুরেলগী ইমুশিংদসু সনা তাওগনি। কুংকালগী লম্বীদা ভারতবর্ষ তাবা লম্বীদি ওসি থিংলে। মরমদি লমদাং অদোমদা চংকদবা লম-চুমপুখদি আরবদেশনা খুদুম চনলে। বিধর্মী খ্রীষ্টানশিংনি হায়দুনা মখোয়বু মখোয়না য়েক্লে। ভারত য়োনবা অনিশুবা লম্বীদি হায়রিবা মহাসাগর অসিগী ঈথক মনুংদনি, হায়রিবা আটলান্টিক মহাসাগর অসিগী মতুংইন্না চুমহিং মনিংপাংবা চংখ্রবদি শোয়দনা কুংকাল কংগনি—মদুমক ভারতবর্ষগী লৈশাবি। তোইশুবসুং, কনানো চংকদবা সাগর অসিগী মনুংদা?

অহিং-তুংথিল মহাক্তি মতোমদা অসিগুবা মত অসিদা মতচুনা লৈরকপনি—মাদি মপুক্লিংদা অমুম্বা থরুনি, সাগরগী ঈথকী মনুংদগী কনানো অমনা মখুং হংথুনা মাদু কৌরকপরা! মাদী মখোয়বু হংদা অমাংবা অয়দা লাওথুনা পাওখুম পিরি—ঐ চংকনি।

# থাজবা অমস্তুং থোৌরাং

সমুদ্রনা মাবু কোৌবসিদা, মালেমগী নৈলশানা মাবু কাঞ্জিন্দুনা থম্বা ওমলক্লরে। অওকপা সমুদ্রগী মীকোনি।

কলম্বসনা পাথং কাংদোং ক্ষারকপগা লোইননা সমুদ্র ঈপুং-বুংগা শকথংনবা হৌরক্লে। মানা মত্তাংচাবা লাকপগা সমুদ্রগী লম্বীদা চৎনবগী থুদোংচাবত্থ হেক্লা মরৈ। মতৌ অপুম্বা মরক মরক্তা মহাক্লা মতম অতুগী মমিং নৈরবা সমুদ্রগী লমদাং পুম্নমক শকথংনবা হৌরক্লে। অরাং আফ্রিকাদা লল্লোম্নবগী হলং-হন্বা চৎলিবা জহাজদা মহাক্লা হি-হোনবগী থবক য়াওহুনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা হৌই।

মতম অসিদা অরাং আফ্রিকা, স্পেন পোর্তুগালগী মরক্তা সমুদ্রগী লমদাংদা ঈশিংগী লানফম মচা মচা শোক্লে। অমুক মহাক লালগী জহাজদা আফ্রিকাগী ষ্টিউনিস শহরদা চৎলুই অমস্তুং ঈশিংগী লানফম মমাইদা তারুই। লানফম অসিদা মহাকী অথোইবা মতিক মথৌনা উংথি। মতম অসিদগী হৌদুনা ভূমধ্য-সাগরদা ঈশিংগী লানফম মচা মচাদা মহাক হেক হেক য়াওথি। অসিগুম্বা থৌদোক-থাথোক ময়াম অসিগী মরক্তা মহাকী হিহোনবগী পুন্সি অমা ওইনা 'লেল্লিবত্থগা তোংশিন্নরবা', অওকপা জ্ঞান অমা তানশিন্নক্লে। মানা সমুদ্রদা চৎতবা মতমদনা ম্যাপ য়েক্লুনা মত্থ য়োল্লগা জীবিকা অত্থুম মওই।

মানা য়েক্লিবা ম্যাপশিং অসে মতম অতুগী হিহোনবশিংগী ওয়্যোক্লা কাম্নথরে। মহাক্লা চুম্নগী ম্যাপতমক য়েক্লুনা মাগী জীবিকা

ওইহিক্তি। মহাক মশামকন্সু ম্যাপ অদুদা থিরি; অসিগুম্বা সমুদ্র ঈপাক ঈন্নুংদা কয়ম্বা খংঙ্গিবা অনৌবা পৃথিবী পুথোক-সিগে হায়মা। অসুম্না ম্যাপ য়েক্ল-ৱক্লা মাগী নিংলিবসিগী ৱাক্নম অসিবু ময়েক শেংনা খংজিন্নকপগুম ত়ৌরি, মদুদি, আটলাণ্টিক মহাসাগরগী মতুংইন্না মনিংলোমদা চুম্না হেক্তা মচংঙ্গবদি শোয়-দনা লৈপাক লৈশা ফংবা ঙমগনি।

মতম অসিদা মগাক সমুদ্রগী লমদাংদা অমুক আইসল্যাণ্ডদা চৎলম্মী। হায়রিবা আইসল্যাণ্ড অসিদা লাকপদা ভশেংনমক মহাক্কী কল্পনাগী ৱাশক অদো মরা চেৎশিনবা ঙেনগংখরে। মরমদি, আইসল্যাণ্ডদা লাকপসিদা মহাক্না মফম অসিগী হৌখিবা ৱারিশিংদা দেশ অসিগী থাইনগী ওইবা ঈথক-ঈপোমদা শাম্নখিবা মথোনা লৈরবা মীওইশিংগী ৱারিশিংবু ফজনা তাখি অমসুং অসিগুম্বা থাইনগী হিগী থোংচংকী ৱারিশিং থিজিনবদা অমসুং পাবদা মহাক্না খংলে মদুদি, মতম অমদা ইতিহাসকী অঙানবা যুগতা ইউরোপকা অতৈ মহাদেশকা ভিন্নরম্মী। মতুংদা মতমগী য়াওল মতুংইন্না হায়রিবা মহাদেশ অনি অসিগী মরক্তা হায়-রিবা আটলাণ্টিক মহাসাগর অসিনা চাওনা থাইদোক্লবা অমা শেমখিগ্রবনি। অদুগী মতুংদগীদি মহাদেশ অনি অসি অমুক্তসু ঊনখিদ্রবনি।

মরক মরক্তা সমুদ্র ঈপাক্কী ৱাংমদগী উচেকশিং পাইরকপা য়াওই; মথোয়গী মখোংদা ঈৱাংমগী লৈপাক পকপা য়াওরকই। হায়রিবা লৈপাক অসিগা লোইননা অপিক অপিকপা লৈ-লৈগী

মরুম্ব য়াওরকই। ইউরোপকী লৈপাক্তা অসুম্বা পাইরকপা উচেকী মখোংদা য়াওরকপা চৈ-লৈগী মরু অদু তাদুনা হৌরকই—মীশিংনা মদুদা ওকুনা সমুদ্রগী ঈরাংমা অদোমদা ওন্দুনা ওরা য়েংনরি—।

মরক মরক্তা মহাক্না অসিগুম্বা য়াখি তাবা কংঙি মদুদা মানা খংবদি, ইংলণ্ড অমদি ফ্রান্সকী সমুদ্র খোংবানগী মীশিংনা উবা ফংঙি, সমুদ্রগী ঈশিংদা অচৌ অচৌবা উপালশিং, কদাইদগীনো তাওরকুনা খোংবান্দা থেংনৈ। মতম অয়াম্বদমু অসিগুম্বা ঈথক্তা তাওরক্লিবা উগী মথক্তা মশক খংদবা উচেক শঙ্গু শঙ্গু ভোংতুনা ইউরোপ অসিদা লাকই।

আইসলাণ্ডদা লাকপসিদা কলম্বসনা বিয়ানি লৌকেগী য়ারীশিংসু তারকই। যুগ যুগ কয়াগী মমাংদা মখোয়না অনৌ অনৌবা দেশ কয়া থিবা ফংখি। হৌজিক ফাওবা আইসলাণ্ডগী কবিশিংনা মখোয়গী মিংচৎ উয়োংগী য়াফমবু শক-শকুনা মখোয়বু অমর ওইহল্লি।

অসিগুম্বা জ্ঞান কয়াসিদগী কলম্বসকী মপুক্কিংদা মথং মথং থাজবা অমুম হেনগৎলক্লে—শোয়দনা মহাসাগর অসিগী য়াংমদা দেশ অমা লৈরে, তৌইগুম্বসুং মগাক্তি লাইরবনি মতেং পাংবিনবা লৈত্রবা, কনানা মাগী মরা তাবিগনি? মী অহুগী মকমদা মাগী অসিগুম্বা য়াশিং অসি হেক হায়রুবদা মহাকপু অঙাওহনি চাঁয়চুন: হেক্তা ভাম্বোকপিগদবা।

মতমদুদা পোর্তুগালসিমক্কা ইউরোপকী মনুংদা খ্বাইদগী চেন্না হিগী বিদ্যা হৈবা মফমনি। পোর্তুগাল নিংথৌ শাগৈদা হেনরী কৌবা নিংথৌমচা অমা পোক্লম্মী, মাগী মপুন্সী অপুম্বা হিগী বিদ্যাতগী হোৎনথিবনি। মামক্কা হোৎনবিবদুগী মহৈ অমসুং মাগী থৌইনসিন্নক্কনা পোর্তুগালগী হিরোয়শিংনা মতম অদুদা অরাপ-অরাপ্পদা লৈবা সমুদ্রগী ঈথক-ঈপোম মনুংদা তাওদুনা লৈরিবা শকথংদ্রিবা দ্বীপ কয়া পুথোকপ্রবনি। হিগী বিদ্যা তম্বনবা মহাক্কা মশাগী মরলনা অচৌবা কোলেজ অমা হিংথৎখি। হায়রিবা হি-বিদ্যাগী কোলেজ অসি মতম অসিদা ইউরোপকী মনুংদা ওম্বোক্লা কাওই। মাগী হোৎনজবগী মহৈনা ওসিগী ইতিহাসতা মাগী মমিংবু 'প্রিন্স হেনরী দি ন্যাভিগেটর (Prince Henry the Navigator) হায়না খংনরি।

কলম্বসনা মাগী পোক্লকম লমদমদগী করিগুম্বা উৎসাহ (পুক্নিং থৌগৎপা) অমত্তা কংদবদগী পোর্তুগালদা চত্তুনা লৈরুরগে হায়না নিংলে। পোর্তুগালগী হিগী বিদ্যাদা কাওবা অসিমক্কনা মাবু চিংবনি—মরম অসিদগী মহাকসে মাগী পোক্লকম লমদম থাদোক্তুনা পোর্তুগালদা চৎলগা মাগী প্রস্তাবপু শোইদনা সমর্থন তৌবিগনি হায়না লেপচখি।

পোর্তুগালদা লাক্লবদা মাগী পুন্সীদা নিংথিনা মন্নাইবক কবা হায়বদুমক ওইরে। পোর্তুগালগী রাজধানী লিসবন শহরদা লাক্তুনা মহাক্কা মফম অসিদা লৈবা শাগৈ জাৎ কবরা ইনাক খুল্লবা অমগী মচানুপীগা লুহোংলে। হায়রিবা লুহোংবসিদগী

মাগী ওস্থোক্লা সুবিধা ফংগে। পোর্তুগালগী অচৌ-অশাং কয়াগা মাগা শক খংনরে অমসুং মফম অসিগী অথোই-অথোইবা হিরোয়শিং, থোইদোকপদি হি-বিদ্যা তম্ফম কোলেজদা ভুগোল অমসুং সমুদ্র খোংচৎকী মরিদা রিসার্চ তৌরিবশিং মথোয় অদুগুম্ব মহাক্কা শকখং-মাইখংনরে।

লিসবন-সহরদা লাক্লবদা মহাক্না মঙোন্দগী হায়না চৎপ্রবা লময়ানবশিং অদুগী লম কোইবগী রাপ্নী ভম্বা হৌখি। লায়্ল-বশিংনা মথোয়গী মমাংদা অচ-পোৎ থম্লবদা হাওনা চাজবগুম কলম্বসনা মানা পামজবা লমকোইবগী রারৌশিং অদুবু তমশিঙ্গে পামনা। অঙাং পিশক ওইরিঙৈদগী মপুক্লিংদা ফাওজরকপা মঙদুবু মানা নিংখিনা যে কথংচরকপনি, পোর্তুগালনা মাগী অসিগুম্বা মঙদুবু মঙকাওনবগী মুর্তি অমদা শাংতোকহনবিরে—মহাকনা ময়ুমদা ফমহুনা নোংমগী মথংদা নোংমা, অম্সুম্না আটলান্টিক খোংচৎকী প্লান অমা শেমগৎচবা হৌরকলম্মী।

মতম অদুগী রাকমবু ঐখোয়না আলোচনা তৌজবনি, হায়রিবা মতম অসিদি লাইরিক্তা অইবগুঙইনা লৈবা মহৈদি হোঁজিকী অম্সুম্না চাওখংত্রি, মতমদুদা লাইরিক্তা লৈবা মহৈস্ম অদুক হাক্লা পংহোং হোংলমদ্রি। মতম অদুগী বিদ্যাদি জ্ঞানী অমদি সমুদ্র লম্বাগী লমদাং চৎলুরবশিংগী মপুক্লিংদদা লৈরম্মী। মখোয় অদুনা লৈবা মফমদা চৎতুনা মহাক্লা মখোয়গী শিষ্য ওইরুই, অম্সুম্না মহাক্লা হিগী বিদ্যা খংজিনবা হৌরক্লম্মী। থোই-দোক্লা হায়রবদা মতম অদুদা ভুগোলগী বিদ্যাদি ওস্থোক্লা অঙাং

ওইরিবা মওংদা লৈবম্মী। অফব' মানচিত্র কংবা অমত্ত ওন্নমদে।

কলম্বসনা জ্ঞানীশিং অতৈগী মফমদা কোইচৎ চৎতুনা উনবা হোরক্লে, মখোয় খুদিংমক্তা এশিয়াগী মরিমখোং হংজক্লরে···ময়াম অদুনা এসিয়াগী মরমদা হেক হেক হায়রকপা ৱাফমদগী খংবদি, দেশ অসিদি সনা অদুগা মরকত মণিনা শাবমকনি হায়বসিনি ;

মতম অসিদা টসানেলী কৌবা ফাওরবা বিজ্ঞানী অমা লৈরম্মী, মহাকসিমক যুগ অসিগী অথোইবা লাইরেকপনি। টসানেলীনা পৃথিবীগী মানচিত্র অমা য়েকলম্মী। মানচিত্র অসি মহাক্ল কলম্বসতা উহল্লম্মী। মদুদা মহাক্ল আটলান্টিক মহাস গরগী মনিংদা চৌজিক লৈরিবা অমেরিকা অসিগী মফমদা এশিয়াগী মানচিত্র য়েক্লম্মী অমসুং কলম্বসকী ৱাফমদা মহাক্লা ইহান হন্না পাওথুম পীরম্মী, নংনা আটলান্টিক মহাসাগর অসিগী মতুং ইন্না অসুম মনিং পাংনা চুমজিং চৎখ্রে, অদু ওইরবদি শোয়দনা নংনা লৈপাক লৈশা ফংগনি মতুমক ক্যাথে ( চীন ), নত্রগা ভারতবর্ষ ওইগনি।

মহাক মতোমদনা কলম্বসকী প্রস্তাবপু তাবিরগা মাগোম্দা মপুক্লিং থোগৎপিদুনা হায়রকই, "নংনা তৌনিংঙিবা থবক অদু তৌবা তারবদি মীনা ওমদ্রবা নথোনাদি দরকারনি, অশিববু ওমকবা পোম্না অমা থাবা তাই, অদুগা পোতুগালগী অসিগুম্বা মীওই অমা ৱাৎলিবসি মেনশিনবা ওমগনি!"

টসানেলীগী থৌগৎ য়াহৈদগী কলম্বসনা খঙ্গাইগ্রে, পুক্ষী অসিগী অতোপ্পা অপাম্বা অমা লৈতে, পান্দমকম অমম্ভু থমদে, থোকপা অমা তৌদুনা সমুদ্রগী লমদাংদা চৎলগা ভারতবর্ষদা থুংলুবা—সমুদ্র অসি অরোংগ অথম নাইদে, কমদৌরিবা !

তুমিং অসিদগী য়াথল অসিদা অনুম চুমন্ত্রিং খনগ্রে, হায়-রিবা য়াথল অসিদগী মাগী নিংশিং পাঙ্গল অদো সুকখৎ খদংপা মঙমখিদরে।

মফম অসিদা হিরোয় অংগুং হেক উবদা মাবু কৌশিল্লগা মহাক্কা য়ারী হেক্তা মশাই, হৎভি—নংনা করি খংবা লৈবগে, নত্তে অটলান্টিক মহাসাগর অসিগী অশোম য়াংমদবু লৈপাক লৈব্রাও ?

কনাগুম্বনা হায়রম্বী, য়াম্না লাপ্পা মফম অমদা মখোয়না উরকই, অর প্লদা—মাইকৈ লেপ্পা লৈইগী ময়াদা লৈশা থোংবান-গুম্বা মুশুক মুবা অমা উবগুম তৌই. অদুবু ঐখোয়না মনাক তম্না চংশিন্দুনা য়েংগুবদি উম্মুদ্রে।

কলম্বসকী মপুক্লিংদা মতোমদা হায়রৈ, ওইবয়াই মখোয়গী মিংয়েংনা লানখিনা অয়াম্বদা লৈবা নোং মপৈতু লৈপাক লৈশা ওইরবোই নিংবনি।

কনাগুম্বা অহল ওইরবা হিহোনবা অমগা মাগা য়ারী শাবদা মহাক্কা হায়বদি সমুদ্রগী ঈথক্তা মী অশিবা অনিথক নোংমা তাওরকপা উই। মী অনি অদুগী মশক-মচু কীজেৎ-লাকচেৎ মখোয়গা মাম্নদে, তশেংনা পুংতোপ তোপ্পা দেশ অমগী মীওইনি, পুংতোপ তোপ্পা জগৎ অমগী মীনি মখোয়সে।

কনা কনাগুম্বা হিহোনবশিংগা অমুক য়ারী শাবদগী খংবদি, লাপ্লবা সমুদ্রগী মনুংদা অসুম অসুম চৎপদা মখোয়না ঈথক ঈপোমদা ওস্পোক-ওস্পোক্না ফজ-ফজগ্রবা উনা-শি'না ভাউরকপা খেংনরকই। অদুগুম্বা উনা-শিংনাশিং অদু মখোয়গী দেশকী গুকনং নত্তে; লৈপাক লৈশা অতোপ্পা অম! লৈত্রবদবু উনা-শিংনাশিং অসে কদাইদগী লাকদগেদো?

মথং মথং কলম্বসকী মপুক্লিং অদো অসুম্না চেংনা থাজবা হৌরক্লে মদুদি, অসিগুম্বা ওমথৈ লৈত্রবা মহাসাগর অসিদা মনিং-পাংনা চুমজিং চৎথ্রবদি মানা শোয়দনা লৈপাক লৈশা অমা ফংবা ওমগনি....এশিয়াগী লৈশা—ভারতবর্ষগী লৈশামক! ধর্ম্ম-চেনবা মীশিংনা ঈশ্বরবু তশেংনা থাজবগুম, কলম্বসকী মপুক্লিংদা আটলান্টিক মহাসাগরগী য়াংমদা অনৌবা দেশ অমা লৈরে হায়-বসিগী মরিদা তশেংনা থাজরক্লে, করিগুম্বা অমনা মাগী অসি-গুম্বা থাজবসিবু মরা তাওহনবা মওমলক্লে।

হি-হেক হোন্দুনা, ঈথকী থুমহিদা ঈরুজদুনা অসিগুম্বা অনৌবা দেশ অসিদা হেক থুংলুবা ওগ্রিক্রাওবা মাগী অসিগুম্বা থাজরুবা অসিগী মমল করিস্নু লৈতে! অদুবু অসিগুম্বা পাক্-চাওরবা মহাসাগর অসি লানবা তায়বদি, মাগা লোইননবা মী খরা চংগনি, মীশিং অদু হি-হোনবা হৈবা মীত। ওাক্তা ওইগদবনি অমসুং মাগুম্না মখোয় পুম্নমক অদুগী মপুক্লিংদা থাজবসি লৈ-হনগদবনি,। অসিগুম্বা থাজবসি তশেংনা থবক্তা ওস্পোকনিংবগী খোনা অদুগা শক্তি লৈবা দরকাররনি— দরকাররনি, অসিগুম্বা শাংলবা

খোংচং অসিগী হি অমদি চাব-থক্নবা ; অসিগুম্বা শাংলবা খোংচং অসিদমক মীগী পাঙ্গল, শেলগী দরকারসে চুম্নগী সাধারণ মীওই অমনা খোমজিনবদি কদৌমুংদা ওইথোক্রোই। মরম অসিনা মমৈদা মহাক্না থল্লক্নে মাগী শাগৎলিবা ভাব অসি পুন্থনা কনাগী মফমদা চৎসিবা হায়বুসে।

---

## চহি তরানিপাল হোৎনজমনগী মহে

মাগী পোক্নফম লমদমবু থাদোক্লগা কলম্বসনা পোর্তুগালদা লৈররবা মতাং অসিদা, পোর্তুগালসিমক মাগী অনিশুবা পোক্নফম লমদমনি হায়না থক্লরম্মী। মরম অসিনা মহাক্না পোর্তুগালগী নিংথৌদা চংজগে হায়বসি মপুক্নিংদা চপ য়ুংনা নিংখরে।

মতমদুগী পোর্তুগালগী নিংথৌদি— অনিশুবা জোননি। য়াম্না রানা হোৎনজদুনা মহাক্না নিংথৌ জোমগা উনবা ফংজরে। মপুক্নিংদা নিংজরিবা পুম্নমক মহাক্না জোনদা হায়জরে—সমুদ্রগী ঈরাংও অসোমদা সনাগী দেশ লৈরি, মহাক্না চৎননবা থৌরাং তৌবিরবদি কলম্বসনা সমুদ্রগী ঈপাক শাল্লগা পোর্তুগালগীদমক অনৌবা দেশ অসি থুত্রমচনবা ঙম্মগনি।

নিংথৌ জোননা কলম্বসগী প্রস্তাব অসি তারে, অদুবু হোইমাই হায়বা রাকম অমদি পীবা মতৌত্রে। মানা হায়রম্মী, ঐগী সভাসদশিংগা তান্নরদি নত্তোন্দা করিগুম্বা রাকম অমত্তা হায়ঙমদে।

কলম্বসবু বিদায় পিরগা নিংথৌ জোননা মাগী সভাসদশিং ওয়া কৌহুনা য়াফম অ'স পুন্নমক্কু থমলে। মখোয়না প্রস্তাব অসি হেক তাবমক্তদা পাখৎনখ্রে; কনা কনাগুম্বনা হায়রম্মী, অদুক য়াম্বা লুপা চ'গদবা—অভাওবা অমগী য়া তাবিহুনা নিংথৌগী লৈঙ্গেনগী অহুম্না চাদিং তৌথোকপদি চুমদে।

কলম্বসনা অমুক নিংথৌ জোনগা উনরুবা মতমদা মহাক্না কলম্বসতা খংহল্লকপদি অসিনি, মহাক্না প্রস্তাব অসিগী মহৈ য়াম্নবগীদমক শেল চাদিং তৌবা ওয়রোই।

কলম্বসপু বিদায় তৌরে নিংথৌ জোননা অদুবু, লোম্না হিহোনবা কাংবু অমা থাদুনা কলম্বসনা হায়বা লম্বীগী মতুং-ইন্না সমুদ্রদা থাখ্রে। মরমদি, কলম্বসনা হায়রম্বা য়াসে নিংথৌ জোননা মতম কুইনদগী খৌয়াংলকপা য়াফম্নি। অশেংনা মহাক্না হায়রম্বা য়াসিনা মচুম্নবদি মহাক্না পোর্তুগাল রাজ্যগী সীমানা তরাইনা পাকথোকহনবা ওমগনি। কলম্বসতি তৌরিবা থৌওং অসি কয়িমত্তা খংজবা নত্তে।

নিংথৌ জোন্না থাখ্রিবা হি-হোনবশিংনা মনিং পাংনা মতম কয়ানিমুক চংলগা উরে, কদাইদা খোংবাল, কদাইদা লৈপাক! অম্নকী মতিক লাপথোকলুবগা সমুদ্রনা অকীবগী মশক হেনগৎ-লক্লে। মখোয়না অকীবা পোক্লুনা হল্লকগা নিংথৌ জোনদা খংহল্লরে, কদায়দা খোংবান! নিপা অসে য়াচোই ওাংবা নত্রগা অভাওবনি।

পোর্তুগালগী নিংথৌ জোন্না মাগী প্লানগী মতুং ইমা খোংচৎ অমা থারুরে হায়বা পাও তারকপদা শাওনিংবা অমদি তুকচবনা মপুকনিং অদু থনখ্রে কলম্বসতো। লৈপাকতুগী নিংথৌনা অহুক য়াম্না মীনম্বা লমচৎ চৎপা ওম্লবা লৈপাক অদুদা মহাক্না অমুক লৈনিংগক-তরে। মতম কুইনবগীদমক মপুক্তা য়াশক লৌহুনা মহাক্না পোর্তুগাল থাদোক্লে। অদুবু মাগী মপুক্লিংদা থাজরিবা অদুদি মাগী হেক পোক্লকপদগী শাগৎচরক্লবনি, থাজ'রবা অদুমদি অমুক্তা হেন্না থাজ-শিনবা হেনগৎলকলি।

পোর্তুগাল থাদোক্লগা ইউরোপকী নিংথৌ অমগী খোংজিন্দগী অতোপ্পা নিংথৌ অমগী খোংজিন্দা মহাক্না কোইবা হৌরক্লে। খুদিংমকনা মাবু অঙাওবনি হায়দুনা ইন্থোরকলে। অস্থম অস্থম লাক্লপনা মাগী পোক্লকম জেনোয়া সহরদা য়ৌরক্লে। মকম অ'সিদস্থু কনাগী মফমদগী করিগুম্বা আশাগী য়াহৈ মানা তাবা কংখিদরে।

অয়াবগা লোইননা মতাংদুদা মহাক্না চিঠি ইরে, ইলণ্ডগী নিংথৌগী মফমদা হায়জরুনবা, কনা-কনাগুম্বনা মনাওনুপা বার্থ-লোমিউবু ইংলণ্ড নিংথৌগী মফমদা থাও হায়না হায়বদগীনি, অদুনা মনাওবু অহাজদা ইংলণ্ডদা থারে, মানা কন্না হোৎনজহুনা মনাওগী ঈশিংগী খো চৎ অসিগী থৌরাং পুম্বসি তৌজবনি।

ইংলণ্ডগী সিংহাসন্দা তরেৎশুবা হেনরীনা কমলি। বার্থ লোমিউ.স ইংলণ্ড য়ৌনা চৎপ'দি ওমখিক্লে। লমথাংদা ঈশিং ডাকুশিংনা লান্দরক্লুনা মহাক মখোয়গী মখুত্তা বন্দী ওইখ্রে। মতম কুইনা মফম থংত্রবা দেশ অসিদা বন্দীগী পুন্সী ওইনা লেল্লবা মতুংদা মহাক্না খোকপা অমা তৌহুনা মথাই পুত্নুনা চেন্নকলে।

মরক অসিদা নিংথৌ জোনগী মপুক্তা নিংঙম্মক্তবা অমা পোক্লক্লে। মানা থংলক্লে মতুদি, কলম্বসতা মহাক্না ওসি কাওবা নিংথৌগী মতিক চাবা ব্যবহার অমত্তা তৌবিখিল্লে। অদুনা মহাক্না কলম্বসপু অমুক হল্লকুবা মী থাগ্রে, অদুবু কলম্বসনা হল্লকউ হায়বা য়াখিদ্রে। নিংথৌ অমা ওইরগা য়কমদা নোংমা, মীনম্বা লমচৎ চৎপ্রবনি, মাগী মকমদা চংজকম লৌবসি নাতৈ চাবনি হায়না মাক্না মপুক্লিংদা থগবা ওমখিল্লে।

কলম্বসসে লাইরবনি চুম্মী, অদুবু মাগী মথম্মোইগী রাথল অদুদি রাংপ্রবা রাথম্নি— লৈরম্মী। মশাগী থাজবদা লেংদবা রাথল, মরম অসিমক্তনা ইউরোপ পুম্নমক্না নোক্লরিবা অসিগী মাইয়োক্তা মহাক্না মাগী মপুক্লিংগী চপ য়ুংবা রাথল অসিবু তেক্ত-কাইদনা থম্বা ওমজবনি। মতৌ অসুম্না ইউরোপকী নিংথৌ অমগী মথংদা নিংথৌ অমগী থোংজিন্দা অসুম অসুম চৎপমক্তদা মাগী মতালোইগী মরম থরদং লৈরম্বকাওবা লোইশিনখরে। মতাং অসিদা য়াইদগী লাইবক থিবদি, মাগী মতালোইদো নোক্নাখরে— দিয়িগো কৌবা মচাম্নুপা অতাং অমথক থম্মী।

অপিকপা মতাং অসিগী মথুং পাইরক্নুনা মহাক্না ইউরোপকী রাজধানীগী লম্বী লমদাং কয়াদা কোয়বা হৌরক্লম্মী। অসুক য়াম্না থওইবীদ্রবা অসি ফাওবদা মানা মপুক্লিংদা থাজরিবা অদু থজিক্তা ফাওবা মরেং ভাথবা লৈখিদে। য়াম্না অতাং ওইরি-তৈদগী মকোক্তদা 'থন্দুনদা লাকপনা মাগী মশম পুম্নমক অদো পোক্না পুম্নত্তৌ তৌথোকখরে।

মতমসিদা মাগী মিৎয়েংদো স্পেনলোমদা লৈথরক্নে!

অতুবু অহানবনক্তদা মহাক্না স্পেনগী রাজ দরবারদা তাপ হেক্না য়েৎজনবা মথৌনা পোক্লমদে। স্পেনগী ডিউক অনি—মেদিনা-সিদোনিগী ডিউক অমস্থং মেদিনা-সেলীগী ডিউকতি মতম অসিদা মরল মথুমদা ফাওরিবনি—কলম্বসনা মথোয়গী মকমদা মতেং পাংবিনবা হায়জরম্মী! অরাবগী রাফমদি, মসিদস্থ থোইনা মহৈ য়াম্লে। অতুবু সিগুম্ব খুদোংচাবা অমত্তুংদি ফংডি মত্তুদি, মেদিনা-সেলীগী ডিউকন', কলম্বসতা রাণী ইসাবেলাগী মনাক্তা চৎননবা পাওতাক পীরকই।

স্পেনসে মতাং অদুদা ওস্নোরা য়াইকবা মতম ওইরি। স্পেনগী সিংহাসন্দা নিংথৌ কার্ডিন্যাণ্ড অমস্থং মাগী মতিক চারবী মতাল্লোই রাণী ইসাবেলানা ভাস্লোইরি। থৌজাল হৈবী, মরৌশিং শিংবীনি হায়দুনা রাণী ইসাবেলাগী মিংচৎসে ইউরোপপুম্বদা শন্দোক্লিবনি। ডিউককী উৎসাহদগী কলম্বসনা লেপচরে, মহাক অমুক্তং রাণী ইসাবেলাদা চংজবা ভাই।

অওাংগী মথুৎ পাইদুনা মতাক স্পেন পাংলক্লে। রাণী ইসাবেলানা মাগী রা পুম্নমক মপুক্লিংচংনা ভাবিরম্মী। কলম্বসনা মানা হেক মীয়োল থংলকপদগী শাগৎচরকপা কল্পনাগী রাফম্ব রাণী ইসাবেলাগী মমাংদা লীজরিবা মওং অদুনা নিংহল্লিবদি. অদুগুম্বা মকম থংজিবা অনৌবা দেশ অদুগী থোংবান অদু মমিৎমক্লা হেক উরবগুম্নি! মাগী মরা তাবদা রাণী ইসাবেলাসে ফজনা থাজরে, মাগী মতেং পাংগনি হায়বা ময়াথং তাওথরক্লগনি তাকপিরে।

কলম্বসনা অসিগুম্বা প্রস্তাব অসিগী নমলোন্দ', অ:চৌবা মাগী পামজবা অমস্থু অম্বুক কুইবসি শা!গংতুনা থম্লকলি। কনাগী-দমক মানা মীনা ঙমকজ্রবা থবক অসিগী ব্রতদা মপুন্সী কত্তুনা লাক্লিবা? মহু মহাক্লা মনাগী মশক ওইনা থংহল্লকপদি, কম্রি-গুম্বা ঐহাক্লা থবক অসি পাংথোকচবা থোক্লবা অহু ওইরবদি স্পেনগী মমিংদা দেশ পুম্নমক লৌশিনগনি, ঐবু হায়রিবা দেশ-শিং অসিগী নিংথৌগী মছুংশিনবা ওইনা হাপ্পীয়ু অমস্থুং নোংচুপ আটলান্টিক্তা ঐনা হেক ঙম্বমথৈ চৎচগনি, অতুদস্থু নংগী হিরোয় ল'ম্মীগী Admiral ঐবু হাপ্পীয়ু—ঐনা হেক ঙম্নমথৈ ললথুম, ঐশ্বর্য্য, ঐনা খোমজিন্দুনা পুরক্ক'নি, মহুগী শরুক তরা থোকপগী শরুক অমা ঐন' ফংজগে, মরম'দ ঐগী ইচানুপা অসিদা ঐনা অসিগুম্বা ঐশ্বর্য্য অমতংদি পীজনিংঙি মহুনা ঐগী মিং অমদি শাগৈগী মিংনা ঐনা নোংমনগ্রবদস্থু অহুম লেংদনা লৈহৌবা ঙম্লনবা।

পাওখুমগী আশা ডাইনা ঙাইনা লৈরকপবু 'কম্রিগুম্বা পাও-খুম পীরক্তবা' হায়বা অসিমত্তংদা মথংলক্লে, মতাংদুদ' মমা লৈজত্রবা মচাম্লুপাগী মথুজেং পাইরগা স্পেন থাদোক্তুনা ফ্রান্সতা চৎলগে হায়না লেপচরে। ফ্রান্সকী রাজদরবার য়োনবা মহাক স্পেনগী প্যালোস বন্দরদা লাক্লে। মফম অসিদগী ফ্রান্সকী জহাজ থাই।

প্যালোস সহরদা থুংলবা অসিদা মাগী মতম কুইনগী ঈথৌ ল্পাংলক্লিবা অত্তুগী মরমহু পুমকাই কাইখ্রে। থোইদোকপদি মাগী মচা নুপা দিয়িগোদো অমুক মথোং থাংবা ঙম্লক্তরে! সহর

অদুদা থিবদা মমৈদা মহাক্না মঠ অমগী থোংজিন্না থুংলুরে। থোংদা মথুংনা থিনবমক্তা মমুংতুদগী অহল ওইরবা সন্ন্যাসী অমনা থোং হাংদোরক্লুনা মথোয়বু মমুংদা কৌশিন্নে। সন্ন্যাসীনা লম্বী চৎপদা ল্লারক্লবা মথোয় অদুগীদমক তল, ঈশিং পিনরে।

চাবা থকপা লোইরবদা কলম্বসনা মাগী মপুকী ল্লা পুম্নমক সন্ন্যাসী অদুদা তেংনা তমজরে। য়াম্না মপুক্লিং চংনা সন্ন্যাসীদুনা অতিথি অসিগী ওক্লবা ল্লাকমসিবু তারম্মী। তানা তানা মাগী মতেং পাংলিংবা ল্লাথল অমা পোকপা তৌথি, মহাক্না খংলে, মুপা অসিগী মথম্মোইমুংদা ফীদমনিংঙাইগী মশক ওইবা থৌরাং অমগী অমুক য়াম্না অল্লা-খাংলক্লে অদুবু মহাক অমুকী মতিক চনিং তারি, মুপা অসে কদৌউদা মীনম শোল্লিবা অমদি অঙাওব নতে। মানা কুপ্না তাবা, য়েংবদা খংলে, মুপা অসিনা জগৎতা ওমলোহদবা করিম্নু লৈরোই। কলম্বসকী মরাইবক ফবন, মঠকী মকোক ওইবা অসিগা ল্লাণী ইসাবেলাগা ওম্মোক্না চান্নরবা মীশক ওইরমলে। মহাক্না হায়ল্লিবা সন্ন্যাসী অসিবু অচেৎপা শ্রদ্ধা লৈরম্মী। কলম্বসকী ল্লা পুম্নমক তারগা মহাক্না কলম্বসতা হায়রকই, নং স্পেন থাদুনা চংকম্নু। নংগী নমুৎশিন্দুনা এনা হায়জ-চে পুরগা চৎকনি, য়েংসি করি ওইরকপা হায়বদো।

অমুম্না কলম্বসপু থেমজিন্দুনা মঠ অসিদা মহাক্না, কলম্বসনে মাগী মচা অদুনে মতম থল্লগীদমক চংজফম পিনরে অমসুং মশামক্না ল্লাণী ইসাবেলাগী মনাক্তা হায়জ চে পুদুনা চৎখ্রে।

সন্ন্যাসীগী মল্লা তাবদা ল্লাণী ইসাবেলাগী মপুক্লিংগী ল্লাথলদো হল্লকলে। মহাক্না, কলম্বসনা, স্পেনগা খংনদুনা লৈল্লিবা ফরাসী

নিংথৌগী দরবারদা চংকনি হায়বদু তারমলে অদুনা, সন্ন্যাসীদা রাণীনা হায়খি, মাবু ফ্রান্সতা চংকদৌরিবা অদু থাদ্বীয়ু, অদু ওইরবদি ঐগী লৈতেং পোংকাও য়োনবা তারবস্থু কলম্বসপু মাগী খোংচৎ অদুগী-দমক থারগে হায়না য়ারে।

সন্ন্যাসীগী মফমদগী কলম্বসকী খুদোং চাদবা রাশিং তারগা থৌজাল পোক্নুনা মহাক্না কলম্বসকীদমক দরবারদা লাক্নবগী মতিক চাবা পোশাক থারে অমসুং মাবু লৌরুনবগীদমক মশাগী শগোল-শংদগী শগোলফাওবা থারে।

সন্ন্যাসীগী মফমদগী পাওপুস্বা তাজবদা কলম্বসকী মথম্মোইদা হরাওজবনা জগোই শাজরে— মদুমক্না অস্থুক কুইরবগী মতুংদা মাগী চনিং তপচরকপা লৈরাংগী লৈশাং তমজরে। রাণীনা পীবা পোশাক শেত্তুনা মাইথোং লংনা কলম্বসনা অমুক হন্না নিংথৌ ফার্ডিন্যাণ্ড অমসুং রাণী ইসাবেলাগী মমাংদা লেপচররে।

স্পেনগী লৈম-নিংথৌ অনিমক্না মাগী প্রস্তাব পুন্নমক অদো য়াবিরে অমসুং মখোয়না য়াশকলে, মদুদি— কলম্বসনা মানা হায়রিবা য়া অসিগী মতুংইন্না থবক পাংবা ঙম্লবা, অদু ওই-রবদি মাবু, মখোয়না মানা পামজবগী মতুংইন্না অদুগুম্বা অনৌবা দেশ পুন্নমক্কুগী স্পেনগী নিংথৌগী মহুংশিনবা হাপ্লীগনি অমসুং মাবু নোংচুপ আটলান্টিকতা স্পেনগী হিরোয় লান্মীগী সেনাপতি ওইহনগনি, মানা হেক থোমজিল্লকপা শেল, ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্কুগী শরুকস্থু মাঙোন্দা থুংবিগনি। অসিদা নত্তনা রাণী ইসাবেলানা চানবিদুনা মচানুপা অতাং অদুগী ভারপুম্বা মথুংমক্না লৌবিরগা

য়ায়রম্মী; নং নৈস্ত্রিভৈগী মতমদা নচাসিবু নিংথৌগী কোম্নুংদা রাজকুমারমকা মায়না সন্মান তৌদুনা লৈহনগনি।

মুংঙাইজখিবনা কলম্বসতো. মশাগী তৌজনিংবা কয়াবু পাং-থোকহনবিগদৌরিবা অনিদুগী তৌবিমল থংবা উৎচনবগীদমক থোইজংজখ্রে। মানা অমুক মতম মাংহন্দনা রাণীগী মতেংদগী চৎকদৌরিবা থোংকম অদুগী থোরাং তৌবা হৌগৎখরে।

প্যালোসকী বন্দরদগী জহাজ অহুমথক লৈরুবে। হৌজিক দরকার ওইরিবদি মীদা মঙাইরে। বন্দর বন্দরদা লাওথোক্লে, তৌইগুম্বসুং লাওরুমনগী মহৈ ফংদ্রে। অসিগুম্বা ওমফদ্রবা থোং-চৎকী রা তাবদা হৈশিংলবা হিহোনবশিং ফাওবা কিবনা থক থক নিরুখি। অঙাওবা অসিগা চৎমিন্নদুনা অসিগুম্বা মৃত্যু-খুৎশম্নবা মফম থংদ্রবা ঈথক ইপোমগী রাজ্যদা কনানা লুপনিংগদগে? য়াম্না কন্না হোৎনরবা মতু'দা, নিংথৌগী য়াথং য়াওনা মী কয়া-মরুম যোগাড় তৌরে। জহাজ অহুম অদুগী মমিং'সু অমুম্না মথংশিংবা থোক্লে—'সান্ট-মেরিয়া', 'পিনটা', অমসুং 'নিনা'।

কলম্বসনা জহাজ অহুমথকনা পাকচাওরবা আটলান্টিক মহাসাগর লাম্নবগী যাত্রা তৌখিবা মথোয় অদুগী মনুংদগী অম-খক্তি ওম্থোকনা চাওখ্রে। মদুনা শাংবা অদো ফূট হুম্ফু-হুমদোইনি।

নমদুনা ফাবা মীওইশিং, লুপা পামদুনা য়াবা মীওইশিং অদো হৌজিক চৎলমদাই ওকয়া নকশিল্লকপগী মতুংইন্না মথাই রাশিল্লকপা হৌগৎলকলে। কনানা অনালোইনা ফমুংদা য়াতানরে।

কনাগীনা মমা মপানা কপ্প-লাওনবা হোৌরক্লে, কনানা চেম্নগদবগী থোৗরাং তৌনবা য়াওনরক্লে।

কলম্বসসে অরাবদা তারে। অসিগুম্বা মশানা চংনিংদবা অমম্তুং কীগল্লবা মীতাশিং অদু পুরগা মহাক্না কয়ম তৌনা অম্তুক লূরবা ব্রত অসে পাংথোকপা ঙমগদবা? অদুবুনে মহাকি‌তি করিমত্তা তয়াং তশোইদ্রি। মানা থংলে মতুদি—অসিগুম্বা কপ্প-লাওনবশিং অসিবু মানাদা হাপ্লবদি, মাগী থো'চং অসি কদৌ-ঙৈদা চংপা ঙম্লরোই—মতুংদা মান মপুকচেল ক্রক ফাত্থুনা লৌশিং তৌনা মী পুম্নমক অদুবু জহাজদা 'কাহল্লে, অদুম তৌ-দুনসু মখোয় অদুগী মরক্তগী মীওই কয়ামরুদি চল্লবা য়াওখি।

মতাং অসিদা কৈশুমশ'দ' লৈত্থন হাংপগী দগু ফংলবা মীওই কয়া, কৈশুমশং অদুদা নো'ম নোংমগী অশিববু ঙাইত্থনা লৈরবা মখোয় অদো কলম্বসকা চংকে হায়রুনা য়াখ্রে কলম্বসনা মখোয় অদুবু লুনা চান্না তৌত্থনা চংমিন্নরে।

মতৌ অম্তুম্না মীকোক চামগকুন পুত্থনা মহাক্না ১৪৯২ খৃষ্টাব্দগী আগষ্ট তাং ৩দা প্যালোস বন্দরদগী যাত্রা তৌরক্লে। খোংবানদুদা মাগা চংমিন্নরিবা যাত্রীশিং অদুগী ইমুং-মচু'গী ওইবা মীওইশিংনা খোঞ্জেল য়াংনা কপনরম্মী অমম্তুং মখোয় খুদিংমক্না মাগী মমিং পল্লহুনা মডোম্না শাপ তৌনরম্মী।

চহি তরানিপাল চুপ্পা হোৗংনজরকপগী মহৈনা, খ্রাইষ্ট পুম্ন-মক্কী মীৎকী পি, অদুগা শাপকী মীচৈ মরক্ত, জেনোয়াগী অসি-গুম্বা মশক মচু থংদবা ফীশাবা অমগী মচাপিনা মীওইবগী ইতি-হাসকী অমর ধামগী মাইকৈদা মতৌ অম্তুম্না খোংশানবা হোৌরক্লে।

# সমুদ্রগী ঈশিংদা

কলম্বসনা সমুদ্রগী ঈশিংদা তাওবা নুমিৎ অসিদা, করি-ঙম্বা উপায় অমনা—হাম্ননা মাগী মরাইবক্তা তম্ব' খুদোংথিবা কয়া লৈরবগে হায়রবদো উবা ফংলম্লবনে, মহাক অসুম তৌরম-গত্র'—কদৌত্তৈদা খোংচং অ'সিগী খোংফমদা, মখোং নামা ফাওবা থাংদোকপিংবগী থৌনা পোকলমদবা য়াই।

অচানবদা, নুমিৎ নিনি অমদি মওং অমা ওইনা করিমত্তা খুদো'থিবা ফংদনা লেনগ্রে। হুমনিশুবা নুমিৎতগীদি খৎন-চৈনবা হৌরকলে। জহাজ অহুম অদুগী মনু'দগী অহানবদা "পিণ্টা" জাহাজদগী খৎনবসি হৌরকলে।

কলম্বসনা মুম্না য়েংবদা থংলে, জহাজ য়োল্লকপা নিপা অদুনা বদমাশি তৌদুনা জহাজ অদুগী শক্লক খরদা নিংথি-লুংঙাইনা তাইশিন-খোৎচিনবগী থবক তৌরক্তুরে, খোকপা খর তৌদুনা পীরকলে। মানা খল্লম্বতাই, খর চৎলগা মরাইনা হঞ্জরকদবা পোৎনি।

মার্টিন পিনজোন্না খোংচং অসিগী 'পিণ্টার' গী ক্যাপটেন্নি মহাক অসি য়াম্না হৈ-শিংবা হি-হোনবনি। মানা পিণ্টাদা খৎন-চৈনবা খোকলিবদুগী মরমদু ফজনা উরে, অদুনা মানা সমুদ্র ময়াইদা মওং-অমা তৌদুনা শেমজন খোৎচন্দুনা চৎপা হৌরকলে; অদুবু ক্যানারী-ঈথং মপৈ ফাওবদি খোকপ-খোকপা তৌদুনা

য়োম্বকলবদা পিন্টাসে হেন্না চৎশিন্নিংদয়ে। কলম্বসনস্থ উরে জহাজ অসি পুদুনা সমুদ্রদা চৎপদা খুদোংথিবা শোয়দবা থোক্লগনি। মরম অসিনা ক্যানারী ঈথৎতগী পিন্টাবু বদলি তৌরগা অতোপ্পা জহাজ অমা থোরাং তৌরগে হায়না মানা কম্না হোৎনরকলে, তৌইগুম্বস্নুং মকন অসিদা লৈনা-লৈনা মহাক্না পাও অমা ফংলে মহুদি, মাবু ফাননবগী পোর্তুগালগী নিংথৌগী য়াথংনা তেঙ্গোল পুদুনা পোর্তুগাল জহাজ তান্নরকলে।

পোর্তুগালগী নিংথৌনা কলম্বসনা স্পেন অমা ওইনা চৎখ্রে হায়বসি স্নুংঙাইরমদে। মতাংদুদা মহাকন য়ুরোপ্পবগী কন্নক-কপ্পাওবা অমনা লমথাংদা কলম্বসবু ফাদুনা থমগে হায়বগীদমক তেঙ্গোল কাংবু অসিমা থারকপনি।

পাও অসি হেক তাবদা কলম্বসনা ক্যানারী ইথৎতা অমুক পম্মনিংদয়ে। তংশংনা মানা চিংনবদি, মাগী থোংলোইশিংন। পাও অসি তাথিবা থোক্তুনা অমুক চৎসি য়ারকত্রবদি, লাংলুরিবা, হোৎনরক্লিবা পুন্নমক অসি পুম্মাং মাংবা তারে। মরম অসিনা কলম্বসনা অমুক পম্থবা তৌদনা সেপ্টেম্বর তাং ৬ তা অকাইবা পিনটাবু পুদুনা সমুদ্র ঈশুংদা থোংহাইরকলে।

থন্না চৎলক্লগা মানা থংবদি পোর্তুগালগী জহাজনা মাগী লমদাং থংঙমদরে, মসিদগী মহাক থরদি চনিং তারে।

মতাং অসিকাওবা মথোয় লৈরাইদগী থোইনা পংলাপ লাপলকত্রি—লৈরাইগী সীমানাগী শংকুম চাওরাকনা অদুম উবা মঙমলি; তৌইগুম্বস্নুং লৈরাইগী সীমানা উথিদবা হৌরকলে। অদুগা লোইননা স্নুংশিংকী শককমস্থ মশক হোংবা হৌরকলে।

মুমিৎ কয়ানিমুক'স মবুক তপ্না মুংশিংনা মওং অমা ওইনা য়ৈখাই-থিঙ্গাইবা পিবিদনা চৎলকপনি। যাত্রা তৌরকপদগীনা মাগী খোংলোয় পুম্নমক্কী মপুক্তা চিংনরক্কবদি, মুমিৎ কয়ানি-মুকসি মুংশিং মপুক তপলকপা অসিননি; তৌইগুম্বসুং লৈরাইগী সীমানাদগী মখোয়না অসুম লাপথোরক্কুনা সমুদ্র ঈমুংবুংদা হেন-ঙিয়া চংশিল্লকপগা লোইননা, মুংশিংকী অতপ্প শকফমদো অসুম অসুম হোংদোরকলে অমসুং খোংলোয়শিংদুগী মপুক্তসু হেন্না হেন্না পাখৎপগী কোক কাংখৎপা তৌরকলে।

মুংশিংতো মগং মখং নোং-মুংশিংত ওন্থোরকলে। নোং-মুংশিংক' লোইননা ঈপক ঈপোমগী শকফমসু মশক ওল্লকলে—সমুদ্রগী অঙাওবা ঈথক হুগোইনা নোংদোংগী অমঙ্ব' নোং অদু শোক্কে হ'য়না তম্নবগুম তৌবি। ম'ইকৈ অমদা য়েংখি, অদোমদসু নোংবু শোকঙাইনবা ঈথকী মপৈ; অমদসু অদু মঙাই—মদুগী মরক্তা ইকা মচেং অহুমগুম্ব' অহাঙ অহুম অদুনা ঈথকী মখোন্দা অমুক কাখৎলি অমুক বুংথৈ। কংম্বসকী খংহৌয়শিংদো মবাই মকাইনরে।

কলম্বসনা মখোয়বু থেমজিল্ল, সমুদ্রগী অঙাওবা শকফম অ'সি কুইরোই মরাইনা নেমথঙঙ্গনি, তৌইগুম্বসুং মাগী তুংগী ব্রাফম-সিবু থাজনবগী প্রমাণগী মতিক চাবা শকফম উবদি মফংদ্রে। থোইদোক্না কলম্বসকী থেমজিনবা মরাইহে অসে মীনম্বনি হায়বা খংহনগে মঙাগুম মুমিৎ ভরামঙানি অহিং-মুংথিল চুপ্না অসি-গুম্বা নোং-মুংশিং অসিগা লোইননা ঈথকশিংগা অকনবা অঙাওবা লান শোক্নরক্লে।

লৈপাক লৈশা অমা ফংনবগী লাপ্পা ল'ক্লবা হিহোনবশিং পুন্নকলিবদুগী থম্মৈ'ইনুংদগী মথন্নতা লাও'থাংবা অমা ফুগং-নন্নকলে— সমুদ্রগী অসিগুম্বা শকফম অসে মখোয়দি অমুক্তম্ন উন্নকত্রি !

নোং-নু'শিং থক থেংনর্ক্রি হায়বা মরে, অদুবু অসিগুম্বা স্নকলেপ-লেপ্তুবা নো'-নুংশিং অম'দ ঈথক্কা ঈরোইনবা লাক্ষমসি মন্নগুদফাও কদৌনুংদা মগুন্নক্রে ।

থাংবা কনগ্রবা নিপাফাওবনা কীবনা লাওথোংনা কপ্পা হোন্নকলে !

কলম্বসতা হন্দুনা চৎনদবা মথোয় পুন্নমক হৌনা হায়গ্রবা হোরক্লে, অদুবু কলম্বসনা য়াবা কৌবা লৈখিক্লে । তপ্পা, লৈভাবা ভাবত্তা মহাক্না অপাম মীহৌ কয়া উৎলকলে, হায়বা য়াবা য়াহৈ কন্নানা মখোয়বু থেমজিনবা হে'ন্নকলে ; মহাক্না হায়রকই ; লাক্তবু লাক্লবদি, অমুক হন্নবা খল্লুবদি অরেম্বনি । মাংদা লৈরে এ'সিয়াগী লৈশা, মকম অসিগী উফুল'শিংদি স্নাগী মকুপনি — মলম অসিগী চীং-শিংদা মুং মতুমগুম্বা মণি-মরকত ভাক্ত তারি— মপান্নাইদ্রবা ঐশ্বর্য্যনি ।

ঐশ্বর্য্যসিন মীকাহনবদা মখোয়দে থন্নদংদি ইংথরে, মহৈ মহৈ শক্ক-শক্ক য়েংনরতুনা থৌনাফবনা মথম্মোই ফাননবা কন্না হোৎনরক্লে, তৌইগুম্বমুং ফন য়ান্না লাপ্প মরাক্লে, অসিদগী কন্না য়ান্না অমুক চৎখিবা তারিব ? কয়া য়ান্না লাপ্পদা লৈরিবনো অসিগুম্বা স্নাগী উফুল ওইরবা দেশ — মণি-মরকতগী চীংজাও ?

কলম্বসনা খংলে, মʼগা লোইনরকইবশিংনা মাবু খুদোং-থিংদʼ তাঙনদোরে। মরমদি, মানা চৎকদৌরিব লমদাʼদো শাংলি, রাৎলি, খুদোংখিবা কয়া নʼখিবা য়াʼরি। মতম অদুদা মহাক্না "লোগ-বোই" (Log Book) সʼিখক শেম্লে....অমদি অচুম্বা লোগ-বোইনি, মচু মাগী ওইনা থমজিল্লে। অদুগা অতোপ্পা লোগ বোই অমম্ম শেম্লে, মসিনা মীনম্ব'নি, মসিদি ইফোং ফোংনা ময়ামদা উংনববনি, মদুদা মহাক্না মীনমদুনা য়াম্না চম্বা মওং শাদুনা খরা খরা অমা ইশিল্লি। মাগী খোʼলোয়শিং অদুনা করিগুম্বদা শাওনরকপা য়াওহুনা মঙোন্দা হʼবদা মান অনিশুবা লোগ-বোই মীʼম্বদু ময়াম মমাং অদুদা পুথোক্কুনা উংলি।

খর অমুক চত্থরবা ভুʼদা অমুক অনৌবা খুদোংথিবা অমম্ম থেংনরে। করিগুম্বদা নিʼজিং মাংজিংনবা মতৌম্ম হেক হেক লাকপা হৌরকই, জহাজ অহুম অদুগী মমুংদা অমা নত্রগা অমদি হেক হেক উবা ফংদবা লাকই ; মসিদা কলম্বসনা অকীবা পোক্কবা ঙমদে, উদবা মতম লাকপদা মখোয়না জহাজ মমাই ওম্হোক্কুনা চৎখিনবা সুবিধা ফʼঙি।

মথʼ মথং হিরোয়শিং অদুগী ব্যবহারদা মাগী চিংনবা অমদি অকীবা লাকপসি কম্না থোরকই। মানা খনবদা রাখল অসিমা লাক্লে মদুদি, মখোয়গী মথুৎতা জহাজগী থোংচৎকী ভার লৈরি, মখোয়না মুমিৎ খুদিংগী অমুক অমুক অরাং-মমাংলোমদা জহাজ মমাই ওম্হোক্কুনা জহাজশিং অদু খোননবা লাক্নরকই। মসিগী-দমক অহিং মুংখিল নাইদনা মহাক্না চেকশিনবা তাররকই।

জহাজগী কর্ম্মচারী থুদিংমক্না মিকুপ অমগী মগুংদা মশোন্দা বিশ্বাসঘাতক তৌবা ওমগনি! প্রকৃতিগী য়েক্লবা মরক অসিদা হৈনিংদবা কীগনবা হিরোয়শিং অসি পুদুনা মফম মরাং খংন্নিবা লমদাংদা চংপসিদা হেন্না খুদোং থিরকপা তারে খনখি। মমৈ-খংদা জহাজগী কম্পাসকী ভার মহাক্না মশামক্না লৌরে।

মতম অসিদা মহাক্না মাগী ডায়রিগী মফম অমদা ইরম্মী—মিত্তগী নিদ্রা ভাঙ্গোকপা তাই, প্রকৃতিগী য়েক্লবগা লাম্বা পাবদ পাবতাই; অদুবু হেন্না অকীবা লাক্ফমদি মখোয়গী মশেং লৌদুনা মখোয়দা নির্ভর তৌদুনা চংলিবা মখোয়সিনা হেন্না খুদোং থিনিংঙাইনি—

মতৌ অসুম তৌদুনা নোংমগী মথংদা নোংম, হাপ্তাগী মথংদা হাপ্তা—মাইকৈ মরিমক্তনা ঈশিংগী ঈশিংমক্তা—থুমহিগী শংবান্নবা ঈশিং অদুগা ওৌয়োক ওৌরবা ঈথক ঈপোমগী অম্নাকপা মীনোক।

অসিগুম্বা থুমহিগী ঈপাক্না ইকোই কোইশিল্লবা মরক অসিদা হেক হেক করিওয়দা, অমুক অনিরক অওকপা খোদোক অমা অনিসু উবা হৌরকই। নোংমা ইখং খংহৌদনা ঈথক ঈপোম অচৌবদা মাস্তুল অতেকপা অমা তাওথরকপা উরম্মী।

অসিগুম্বা অতেকপা জহাজ উরুরগা হিহোনবশিং অদুনা অমুক্না হেন্না চিংনবা হেনগংখি—নোংমা মখোয়গীসু জহাজ কাংদুনা অসুম্না ঈথক ঈপোমদা তাউবা য়াই।

কীরবা মীশিং অসিগী অমুক হেন্না কীননবা থৌওং অমসু উরক্লে! ইখং খংহৌদনা অসুম্না চিংনবা মরক অসিদা ওকখ্রবা উচেক জোড়া অমা মখোয়গী কোক্তোন্দা পাইরকপসু উরে।

কদাইদগী পাইরকপা উচেক? অস্তুম্না অকীবগী র'খলবু খঙ্গবা লোইরম লোইফাংহৃষ্টিবৈনা খংহৌদনা মোংদোন্দা মৈথুনা মমৈ শাংনা পানবা থরাম্মিচাক মৈশাংবা (ধূমকেতু) থোকপস্তু উরে। কীপ্রবা ছিহোনবশিং অদুনা থরাম্মিচাক মৈশাংবগী শাংলবা মমৈ অদুনা মখোয়গী মমাংদা মৈগী মৈরিগুম্বা সমুদ্রগী ঈশুংবুং অদুদা হাইথরকইবদুবু কীনা য়েংনরি।

অস্তুম্না থরাম্মিচাক মৈশাংবা থোকপসিগী মরমদা সাধরণ ওইনা মীশিংনা মবুক্তা য়াম্না কীনবা অমা লৈরি— থরাম্মিচাক মৈশাংবদি খুদোংথিবগী ডুগনি। অসিগুম্বা চাংলো নাইত্রবা সদুগ্রগী মম্নাইদ' কীনা লৈ'রিবা মখোয়দুগী মমাংদ ইখং-খংহৌদনা থরাম্মিচাক মৈশাংবা থোকলরিব' অসিন', মখোয়গী মভুংদা থিন্দনা খো'ক্লগদবা মাংনবগী পাওজেনস্থ মখোয়গী মমাংদা লাওবা হৌরকপগুম তৌরকলে।

মখোয়না হাল পাইবা থাদোক্লুনা রাংনা লাওরকই— গুম্মরোই অমুক!

মতম অসিদা পিণ্টা-জহাজদগী খংহৌদনা ইঙ্গিত তৌনা খংহল্লকই,— মখোয়গী মমাংদা লৈপাক লৈশা অমা উবগুম তোরে।

হয়াওনা ইথক থক্লা মম্ম অদুগী রাথল অদু ইরাং লাংনরে। মিকুপ অমগী মমুংদা মখোয়গী চিংনবা পুম্নমক পুম্মাং মাংখিদুনা অমুক হন্না হাল পাইরে....লাও থোংলদুনা হয়াওনা দিক-রেখাগী শক্তমনা শেম্বা লৈশা মানবা মওং অদু তম্না জহাজ অদু য়াংনা হোজ্জিল্লি, অদুবু থরদং চংশিল্লগদি মখোয়না উবিবদো শেংরাম্নবনি!

লৈপাক্কী লৈশা খোংবান নত্তে— দিক-রেখাগা তোংনবা লৈচিল্লা শাংথ-লেংথ তাবনা শেম্বা, সমুদ্রগী মরীচিকানি হায়বা খংলক্লে।

হিহোনবশিং পুন্নমক অদো অমুক শাওবা হেনগংলকলে। মখোয়গী লুচিংলিবা অহুগী মাইথোংদদি খজিক্কম্ভু অকীবা পোকপা উদে। নোংম-নোংমগী অসিগুম্বা য়াথং অসিদা মপীরম্মী লাওনা, 'West-ward always—— মনিংলোমদা চুমত্রিং—— তশেংনা মমাই মনিং ওন্না চংলো।'

মখোয়না খল্লকলে, অঙাওবা নীপা অমগী মতুং ইল্লকপনা মখোয় শেনয়দনা খমন্নুং লৈপাক তম্না ল'ক্লবনি— মখোয়না সমুদ্রগী ময়াইদা লৈবা মায়াগী লৈপাক্কী য়ারী তাবা ফংঙি, মদোমদম্ভু মখোয়না খন্থবা হৌরকই— মদু তম্নম্ভু মখোয়না লাক্লবনি! মরক মরক্কা মখোয়না উবা, উ তাওরকপা, উচকশিং পাইরকপা— পুন্নমক অসে মায়াগী লৈপাক্কী যাদুমক্তনি লৌনরকই।

অমুক খরগা চংলক্লগা মখোয়না উরে—ওম্থোকপা মঙংগী সমুদ্রগী কাওশিং তাওরকপা। মদুমক জহাজ অহুনা থৈদোকপা লাক্লবদা ওম্থোক্লা য়ানা থোকপ্রে।

ইথং খংহৌদনা সমুদ্র ময়াইদা কদোমদগী লাক্লিবনোনে অসিগুম্বা কাওশিংগী বন অসিবো? মসি শোয়দনা করিগুম্বা যাহুগী লৈপাক অমদগী লাকপা শোয়দে।

কলম্বসনা মখোয়ত্তুবু য়'ম্না থেমজিল্লে—লাপ্পরোই শোয়দনা মখোয় লৈপাক লৈশা ফংলগনি।

কলম্বসকী য়াকম অসিবু সমর্থন তৌনবগী ওইবতাই কদোম- দগীনো খংদে উচেক অহুমথক পাইরক্তুনা জহাজগী মাস্তুল মতোলদা তোংলদুনা মুমিৎ নিংশিচুপ্পা থোংলয়ে। মপুক ভপ্লবা সমুদ্রগী ঈশু'বুংদগী মুমিৎকী মঙাল্লসু ইরংলংনা থোরকপা হৌরক্লে। হিরোয়শিং অদুগী মপুক্তা অমুক হন্না অনৌবা আশা লাক্লে।

উচেকশিং অদুদা মথুৎথিন্দুনা কলম্বসনা খাজবা পোকহল্লি,— মখোয় অসে কংফালগী জীবনি। মখোয় অসি নোংদোম্দা পাই- জবা জীব ওইরবসু, লৈপাক্তা হৌবা উপালগী মথক্তা মখোয়গী মহুম শাবনি—মখোয় অসিনা পাইরক্লিবসি মাংদা লৈবা মালেম লৈশাদগী ওইকম থোকই।

হিরোয়শিং অদুনা জহাজ কম্বাক্তা কয়ল্লদুনা মুমিৎ অসিগী মুমিৎকী মঙাল চায়বা মপুক ভপ্লবা সমুদ্রগী ঈশিং শোকৎলদুনা মপুক ইংজনা ঈরুজনবা হৌরক্লি। মতম অসিদা অসিগুম্বা শেংলবা অতিয়া অসিমক য়েংনা য়েংনা পুম্মম মমশিল্লক্লে—মপুক তপ্লম্বা সমুদ্রনা ঙংবা হৌগৎলক্লে—মিংনা কুপ্পগী মমুংদা ভৌরোক ভৌরম্বদো পুম্মু-মুশিল্লক্লে, মপুক তপ্লম্বদো তমথিবা শকওং ওইরক্লে! কৈদা পাইপ্রবা উচেকশিং, চৎখ্রে কৈদা মুমিৎকী মঙাল, অসিগা লোইননা হিরোয়শিংগী আশা, খাজরম্বা পুম্মমক অদো মচেৎ মচেৎ থোমনা কাইখ্রে।

মখোয়গী খাজবগী চাং হেনগৎলক্লে, মখোয় অসে যাদুগী লৈপাক অমদা লাক্লে। নক্রবদবু, হৌজিক্তা মপুক-মরিন ইতপ তপ্পা লৈরম্বা সমুদ্র, মুমিৎকী মঙাল্লা য়ৈবদা ইরং ইরং লংনা

থোকচরম্বা ঈথক ঈপোম,— কদোমদগী নোংনা কুপশিল্লক্লিবা, চুরক্লিবা নোং কমদোনা, কদাইদগী হৌরক্লিবা নোংলৈ-মুংশিং !

কলম্বস মশামকম্থু ৎকখিবনি, অসিগুম্বা মুমিংকী মঙান্না ইরং লংলম্বা নোংদোন্না অসিগুম্বা অকীবগী মশক ওইরবব শক-কম অমদা ওনখিবা ! মহাকম্থু মসিমদি খংঙ্গ্রি, মতুদি সমুদ্রগী ময়াইদা মরক মরক্তা মতৌ অসুম্বা খংহৌদনা মহৌশাগী শকফম খংহোং-খংহোং হোংঙি হায়বসি।

হৌঙিক্তি মহাক্না কন্না মাগী খোংলোয়শিংবু থাজবা পোক-হনবা ওম্নক্তুরে—মতম অদুদা মখোয়না ইফোং ফোংনা মঙোন্দা নোক্লবা হৌরকপে।

নোক্লবা, শাওনিংলকপশিংগী মতৌ অদু উরগা কলম্বসনা খংলক্লে, মখোয়না য়াম্না লোন্না শাখিবা ষড়যন্ত্র অমা মাগী বিরুদ্ধদা চৎথরে হায়সে, মাদি মতোমদনি, ময়ামতু মাগী মাইয়োক্তনি— হিরোয় চামকুন, জহাজগী।

হিয়োয়শিংগী মসুংদা মতাং অদুদা তশেংনমক লালতো মচা অমগী মৈরি মতোল থিজংলক্লে—মখোয়না হায়নরে নিপা অসে অঙাওবনি— অঙাওবা ! কদোইঙে স্পেন নিংথৌগী মহুংশিনবা ওইগনি, হায়বা নেশা অসিদা নিপা অসে ঙাওরবনি। অসি-গুম্বা অঙাওবা অসিগী ফোরোয় ইল্লকপনা ঐখোয় পুম্বা লম্বাংননা শিগদোরিবনি। অদুবু করিগীনো ? করিগী ঐখোয়না মাবু ইকাইখুম্নকম থোকপা ? ফরেনে মসিগীদি মফরে চাবদি মকংদি হায়বা, খুর-নৈরগদি জহাজ অসিদা লৈরিবা চিঞ্জাক পুম্নমক

পুমলোই লোইখোকখ্রনি। মতমদুদা সমুদ্রগী থুমহি অসি তংদুনা নত্ত্রগা শুংশিং চাদুনা হিংবা য়াগদ্রা? মরম অসিনা লাকও, ঐখোয় ময়াম চংদুনা মাবু কারগা সমুদ্রগী ঈপাক্তা লংথরম্মগা হনখিনবা হোংনরসি।

অদুবুনে কনানো কলম্বসকী মশা শোক্কদবসি? সমুদ্রগা লাম্বা তৌ-তৌদুনা লাকপদা নিপা অসিগী শকফম অসে থরদি সমুদ্রগী গম্ভীর্যদুগা তোংনগ্রবনি। মীওই কাংবু অমদি লাকই, মীওইববু শাসন তৌনবগী। মখোয়গী মরা, মখোয়গী শাওঃ-শাদা, মখোয়গী মাইথোংগী রেখা খুদিংদ·······মখোয়গী অ সগুম্বা ইচম চম্বা নত্তবা মীওই অমনা লৈতেংভি. মাবু তাপ হেক শোকপা, তাপ হেক ফুবা·······ইচম চম্বঃ মীশক অমনা তরাই-বদি নত্তে! অদ্রমকপু কলম্বসনা থংভি মদুদি, থরগা অমুক শাংথনা মতৌ অস্নম্না. মখোয়না মাবু থাজবা ওম্লক্ররোই ······ কীংন্দুনা অমস্নুং আশা লৈচন্দুনা থরা অমুক মতম য়ৈথবা নত্তনা করি হিংনবগী উপায় উদরে।

নোংমা হিরোয়শিং অদু পুল্লগা চুংশিন্নদুনা মাগী বিরুদ্ধদা ষড়যন্ত্র তৌনবা হোংনরে হায়বসি থংলে, মতম অদুদা মহাক্লা মথন্দনা মখুৎতা খুৎলাই অমত্তা পাইদবা মতৌদা মখোয়গী মরক্তা চংশিল্লে। গম্ভীর ভাবত্তা মখোয় পুম্নমক্কী মাইথোংশিংদু য়েংলদুনা মহাক্লা হায়রকই, ঐ থংভি, নখোয়না মসিদা পুল্লি-বসি করিগীনো হায়বদো। ঐবু সমুদ্র ঈনুংবুং অসিদা লংথরম্মগা নখোয় হনখ্রগে হায়বা, অদুবু খল্লুনে, কদাইদনো চৎকদবা?

কনানা নখোয়বু লম্বী চিংবিগনি ? অদুগা ঐ য়াওদনা লৈপাক অদুদা চংখিবদা থল্লুনে, নিংথৌনা নখোয়বু পেনবিরমগন্রা ? মখোয় খুদিংমক্তা মৃত্যুদণ্ড পিনি। মরম অসিনা তপথখো। থংতি নখোয় পুম্নমক্কী নপুক্নিংদা লাংতক্লবা অমা লৈরে হায়বসে—মদুবু ঐনা হায়রিবসিনি, ঐনা শংশং নখোয়গী নমাংদা লেপলিবসিগুম্বা ভ:শংবনি নখোয়গী মাইয়োক্তা লৈপাক লৈশাগী খোংবান লৈরে। ঐ অগাওবা নত্তে……নখোয়গুম্বা ঐগীসু ইয়ুম-ইকৈ ঐগী সংসার লৈরি—ঐগী পুন্সিসিদা অপাম-অুংশি, কল্লক-মিহোৎবা গুম্বা লৈরি…।

থংহৌদনা মখোয় পুম্নমক্কী মথুংতগী থুংলাই তাগ্রে। ভশেং-বনি কদাইদনো হনগদবা ? হল্লগনু মৃত্যুগী মথুক্তগী মখোয় করম্না লাক্নে কপা গুমগদৌবা ? অমুক মখোয় অসে চিংনবগী মরক্তা ভারে—মাংদসু মৃত্যু তুংদসু মৃত্যু—মখোয় অসে মথং মথং লেংদবা পোৎশক্কী মতৌ ওইরকলে।

অস্নুম ভৌনরিবৈগুদা মাং থারিবা পিণ্টাদগী ক্যাপটেন অহনা অমুক হন্না ঈঙ্গিত পীরক্লে—লৈপাক—লৈপাক—মাংদা পৃথিবী লৈশা লৈরে।

পিণ্টাদগী অসিগুম্বা খুদম ভৌরকপা অসিগা লোইননা হি-য়োঝশিং অদুনা চেম্থোরক্লুন। জহাজগী ডেকতা কাররুগা মথুট লৈতারদুনা ভগবানদা ধন্যবাদ ভৌরক্লে।

অস্নুম ভৌরিবৈ মতমদা পিণ্টাদগী ক্যাপটেন্না অমুকসু ঈঙ্গিত ভৌরক্লে—লৈশা উবে—মাংদা লৈরে পৃথিবী ! পিণ্টাদগী অসিগুম্বা

থুদম অসি কংবগা লোইননা হিয়োয় পুম্নমক অদু চেম্থো-রক্কুনা ডেকতা লাক্লগা মথুউ লৈতানা ভগবানদা ধন্যবাদ তৌজৈ।

কলম্বসনা অনুমান তৌরি মখোয় জাপানগী মনাকতি য়ৌরকপা তারেদনা, মসিগী খুংঙাইজবসি থিংঙমদতুনা মহাক; জহাজগী মাস্তুল মতোন্দা কাখৎতুনা য়েংবা হৌরক্লে। অদুবুনে, কদায় লৈশাদি? অমুক হন্না মায়া মরীচিকানা মখোয়দা নমথাক তৌবিরে। আ-অরাপ্পদা লৈশা-লৈরাইনি থল্লম্বদো অশেংবা নোং-মতুম ওইরমমে—।

কলম্বসনা লাওথোকলে মতুদি,—জহাজদগী হান্না খোংবান উবা মীশক্তুদা মনা চাওনা পীগনি। মরম অসিদগী হিয়োয় থুদিংমক ইথক থকৎনখ্রে অরাপ্পদদা য়েংনচুনা লৈনখ্রে; অদুগা মখোয় থুদিংমক্লা খোংবান ওইররোই নিংনা হেক উবদা হেক-হেক্তা লাওনরকলে, মতুগী মহৈনা জহাজতুগী মীপুম থুদিংনা অরাংবা অমা থোকহল্লে। অরাবদি পুম্নমকী ওইনা থোকলিবা ভুল (অশুকপা) অসিমকী মহৈনা, পুম্নমক অদুগী মপুক্লিংদা চৈনা অমমমদি ওন্না কাওনরকলে।

মরম অসিনা মহাক্না মোনা অমুকন্থু লাওথোকলে মতুদি, মী অহুনা লান্না অমুক লাউরুবগা মতুংদা অচুম্বা ওইনা লৈশা খোংবান উবা থোক্লবা অদু ওইরবস্থু লান্না হায়রুবগীদমক মাগী কংফম থোকপা মনা অহু মৎকনি।

অতুগীদি হিয়োইশিংদো ডুমিন্না লৈখ্রে।

মনা ফংগে ফংঙু ফংলোই তোকউ লৈশা খো'বানবু কদাই-নোনে? মমৈদদি নোংমদি অসিগুম্বা খেন্দোং অমা থুংলরে···· কলম্বসনা তোংলিবা জহাজমক্তদনি। হিরোয়শিং ঙম্বা পুন্না থবক থাদুনা কলম্বসপু ফারমে, খুদক অসিমক্তদা মহাক্না জহাজ মমাই লৈদুনা স্পেন লোমদা হন্দ্রবা, অদু ওইরবদি অ'নৌবা ক্যাপটেন অমা হাপ্তুনা জহাজ হন্না চৎকনি—— মখোয় কনা অমতা অমুক মাংলোমদা চংশিনবা ঙম্নরোই।

অকোংবা লাহোলৌনি।

চরাম্মরবা শা কৈগী মতৌগুম্বা কলম্বসনা উরে, মাগী মমা'দা শিবা কীরবা মী কা'বু। করি হ'য়রগা মখোয়বু থেমজিন্নি? থাজহন্নবা খরদং লৈজরম্বদুসু হৌজিক্কি পুমলোই লোইরক্রে! অদুদি মহাকনা মতম কুইনা আশা চাওনা য়োকখৎচরকলবা ভাবতুবু-মণ্ডলানগুম লোইশিনবা তারবা? অদুম ওইনমক মহ'ক্না অসিগুম্বা শাওগৎলবা লাহোলৌবশিংগী মমাংদা মরাই হাইগংনা হায়রকই: লৈপাক লৈশা খোংবাঙ্দা হেক থু'দ্রিবমখৈ ঐন কদো-ঙৈদা জহাজ মমাইদি মরৈরবোই!

খংহৌদনা মন্নাম অদো তুমিন্না লৈনক্রে, ইরাওখোল্ল মরম্নাই নেথথজথিবগুম্বমকনি। কলম্বসতো মথন্দা লেপলি। শারাক তম্লিংবা বনগী শানা হন্না হন্না লৈপাক্তা মখুজিন্না খ্রো খ্রো খোৎতুনা লৈবগুম, মাগী মমাংদা শাওগৎলবা মীওইশিং অদুনা ময়া ক্রক ক্রক চিক্করি— মিনিট খরগী মতুংদদি মখোয়মদো মঙোন তম্না পুল্লপ্না চোংশিল্লকদৌবদা মঙাইরে।

খিন্দনা মহাক্কা মথুং অনি লোম্লবতুনা মুংহিকচবা মপাওনা হায়রকই ; মরূপশা, মুমিং হুমনিদদি ঐডোন্দা মতম পিবিখোবা !

ময়াই কারবা, শাওগংলবা মীয়াম অদো মহৈ মহৈ য়েং-নরগা তুমিন্না অতুম মখোয় মখোয়গী মথোদা থুংথাবা চংনখরে। 'মুমিং হুমনিদ'বু কয়াগীনো' অস্নম্না !

মুমিং নিনিদি য়েংনা য়েংনা হৌখ্রে—কলম্বসকী মিংয়েংদো মিংয়েং অমদা চাদোগুম য়েংখ্রে। মশা পুম্বতুগী তুখোং খুদিং-মক্তা মমিং পাল্লকপগুমলে—অসিগুম্বা মমিং লখা লখা অসিনা ম'ইকৈ লৈয়িরোমদদা য়েংনতুনতা মহৈখ্রে—অসুক কুইরবগী আশা, অসুক য়াম্না অরাব' খাংলবদা, অস্নম্না অরেম্বদা তাবদা মতারবা ?

হুমনি শুরকপগী মুমিং য়ুংবা মতুং অতুরাইদা খ'হৌদনা কলম্বনা উরে, সমুদ্রগী ইপোম মরক্তা উশা অচৌবা অমা তাও-রকপা—মহুদা শিতাফলগুম্বা উহৈ অমসু তদেক তদেক পাল্লকই।

অসিগুম্বা ইচম চম্বা উশা মতেক অসিমতনা কয়াগী মতিক আশাগী মঙাল পীখ্রবা—অহিং অসিম্না কনা অমতা তুম্নখিদ্রে।

খ'হৌদনা অহিংগী অমম্বা মরক্ত লাপ্পা মঙাল অমা উবা ফংলক্লে, মহাক্কা মাগী জহাজগী ক্যাপটেনবু কৌরতুনা হায়রকই—য়েংউ, তশেংনা পুমঙান ঙানবসে—অমুক্তা য়েংউনে, ওহাক অতুম য়েংতুনা লৈয়ে।

মথং মথং জহাজগী হিরোয়শিং অতুম্বু য়েংনরক্লে চপ মান্নবা অঙাওবগুম মখোয়না লাওনরকলে, "মঙাল—অসে, মঙাল!"

আশা তৌনরুবমকপু অকীবা পোকখ্রে, কয়ারক আশা কাইখ্রে! মরম অদুনা মখোয়না মঙুংশামকখিংনা মাইকৈ-লৈয়ি অদোমদা চাদোংগুম য়েংঙ্গুনা লৈনরে—কনা অমত্তা লেংদে, মঙক হাইদে, ভশেংবা মুংগী মীশক্কুম্মী—মখোয় পুম্নমক মমিৎ শুক-কুপ কুপ্পখিদ্রেদনা, মুংগী মিৎমকনি চানবা!

পুং খয়গী ভুংদা পিণ্টাদগী অপিকপা হি অমদা মী থয়া সাণ্টামেরিয়াদা লাকলে—মশা অদু থক থক নিকনা তমলৈ রাদ্র। মখোয়গী জহাজদা রোজরিগো কোবা নিপা অমা য়াওরি, মহাক্তি মমিৎ য়াম্না খোবা নিপানি—মহাক্না অরাপ্পদা লৈপাক লৈশাগী লমদম উরে হায়রি।

মীওইবগী মশাদা তনিক তনিকপগী তাল অমা পি-পিত্রুনা জহাজ অদু চংশিল্লি—অহুম চংশিল্লি—।

ওহাক লৈরগা কলম্বসনা মাগী যন্ত্র থাদুনা য়েংবদা তশেংনা উবা ফংলে, মাংত্তুদা লৈরে—মতম কুইনা খৌরাংনরক্লবা লৈপাক লৈশা!

হরাওনা, মুংভাইনা, থকৎনা, মখোয় চপ মান্নয়া লাওনরক্রে! মতুগা লোইননা অসিগুম্বা মীরাওখোল অসে নোংদোম্বা, মালংদা প্রতিধ্বনি তৌখ্রে।

---

# অনৌবা জগৎ

১৪৯২ ইংগী অক্টোবর তাং ১২ গী সুমিৎ হেক ছন্দোয়কপা মতমদুমক্তনিসে— নিপা চামকুনগী মমিংকী মথাংদা ইঙক ওক্লা উয়ে লাপ্তকনা চাওনা শাংনা শন্না লৈরবা লৈপাক— সমুদ্র তপথগ্রে, আকাশতা নোং লৈত্রে, ইশেং শেংখ্রে, মাইকৈ মকি-মকসে ইপেন পেঙরি, পুমলু লুপ্রে।

জহাজদগী মখোয়না তংশংনা উবা ফংলে— মাংদা লৈরিবা বনগী মনুংদগী মীশিংনা চংদোংগুম মখোয়গী জহাজ অদোমদা য়েংছুনা লৈরিবা। কনা কনাগুম্বনা অতৈ মীশিংবু কৌরি। মতং অসিদা মখোয় পুন্নমক ওন্থোক্লমক মুংঙাইজবা হায়বগু ওইরি।

খোংবানময়া নকশিল্লে, জহাজশিং অদো সমুদ্র মনুংদা থনম্মগা কলম্বসনা অপিকপা হি অমদা কুমথরে। কুমথরমদা ইদা স্পেন জাতীগী পোশাক, অঙাংবা মখমলগী কিরেৎ ওাক্তনি শেংজিবদো, লোইনরিবনা মার্টিন পিন জোন অদুগা মনাওনিপা, মখোয় অনিগী মথুক্তা কীয়াল অনি পাই, কীয়াল অদু অশংবা ক্রোস য়েকই, অমদনা ‘F’ ইরি, অদুগা অমদনা ‘I’ থান্নি, Ferdinand অমসুং Isabellaগী মিংগী মকোক অহৌবা ময়েকনি। মতৌ অসুম্না স্পেনগী লৈমা-নিংথৌ অনিগী মমিং থাবা কীয়াল মথুক্তা পাইদুনা মখোয়না কংফাল তমনা কাখৎলক্লে।

লৈরাইদা কুমথরে লৈপাক্তা থু-উ লৈতানা কলম্বসনা ভগবানবু ধন্যবাদ তৌজরি৹ মাগী মমিং অনি অদুদা মতাং অদো মুংঙাই-জবগী পিরাং হৌজরি; মাগী মতৌ অদু উবদা মাগা লোইন-রকপ পুম্নমকতুম্ন মথু-উ লৈতানা ওন্না প্রার্থনা কচ্চরি ঈশ্বরদা।

প্রার্থনা তৌবদগী হৌগৎলক্লগা কলম্বসনা মথুৎমকনা নৌনা পুথোকচরিবা দেশ অসিগী লৈপাক্তা স্পেনগী ফিরাল য়ুংজরে অমসুং শকথংত্রিবা দেশ অসিগী মমিং থোল্লে— 'সান সালভাডোর' ( San Salvador )।

কলম্বসকা লোইনরকপা হিরোয় পুম্নমকনা খোম্থাং অমত্তা ওইনা কলম্বসকী মাইপাকপগী শৈশকপু শৈরাওখ্রে. অমসুং খোং-শাল্লকপগী মতাংদা চৎখিবা মথোয়গী ব্যবহারগীদমক মথোয়গী মথন্মোইদা চাননা নিংঙম্মক্তবা পোক্তুনা মখোংদা ভুররে, শিল্লি-ফাওবা মাগী মতুং ইল্লগনি হায়না রাশক লৌনরে।

কলম্বসনা নিংলিবদি মহাক হৌজিক ভারতবর্ষরঃ নক্রগা মাগী মনাক নকপা দেশ অমদরা থোংদারবনি। মরম অদুনা মহাকপু মাগা লোইনরকলিবশিং অদুনা মফম অসিগী Admiral and Viceroy of the Indies হায়বা উপাধিনা লৈতেংলে। মুংঙাইজখিবনা মখোয় পুম্নমক মহৈ মহৈ কোম্ন-পাইনরে— মখোয়গী মিৎমাংদা অরাবা খুদোংখিবা পুম্নমক লোমগ্রবদা কলম্বসনা দেবতাগী মতৌগুম ওন্থোকপা' ঐশ্বরিক-শক্তি অমনা তান্থোইবা হোরকলে।

কলম্বসনা মুংঙাইনা মখোয় পুন্নমকপু থাগৎলক্লে—হৌখিবদা লামখিবা পুন্নমক, অরা-অনা, অকাওয়াই পুম্না, অসিগুম্বা মাই-পাকচবগী মঙাল মরক্তা পূ'লুপ লুপশিনখরে।

তাপ্পা অসিদা দেশ অসিগী মীশিংনা উনশা চৌবা অসি-গুম্বা অওকপা মীওইশিং অসিনা তৌররিবা পুন্নমক অরাপ্পদা য়েংলি। কলম্বসনা খনখিবা, মহাক ইণ্ডিয়াগী লৈশা য়ৌরে হায়বা ভাব অদুনা মফম অদুগী মীশিং অদুবু Indian হায়না মশক তাকপা হৌরক্লে অমসুং কলম্বসকী অসিগুম ভূল অসিবু ইতিহাসতা মাংফত্রব' ময়েক্লা ইদুনা লৈহৌরে। হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী দেশকী মমিংদা আমেরিকাগী অসিগুম্বা আদিমবাসি-শিংবু Indian নত্রগা Red Indian হায়না খংনরিবসিনি—কলম্বসনা আমেরিকাগী লৈশাদা খোংদারে হায়বসি মহাক্লা মৃতম অদুদা স্নুকখন খল্লমদে।

ইণ্ডিয়ানশিং অদুনা অহানবদদি কীদুনা মনাক নকশিন-নিংলমদে; মথং মথং মখোয়গী অকীবদু লৈখিদরে, মখোয়না অসুম্না খল্লকলে মদুদি, নোনা লাক্লিবা মীশিং অসে শোয়দনা দেবতানি, আকাশতগী অসিগুম্বা মশা পাল্লবা জহাজ অসিদা তোংদুনা কুমলকপনি! মনাক্তা মখোয়না চংশিল্লক্কুনা কলম্বসকা লোইনরক্লিবশিং অদুগী মশাদা মখুৎনা নাল্লগা য়েংলবে—মখোয়গী মশাগী মউল অসিনা করিগী অসুক য়াম্না চৌরিবা!

মখোয়না অকীবা লৈত্রবদা কলম্বসতা মখোয়গী হৈপাল লৈপান্দগী অফংবা উহৈ-রাহৈ হেক্কুনা খুদোল পোৎ ওইনা কৎলবা হৌরক্লে—

কলম্বসনা মখোয়দা ফজবা লমচৎ-শাজং চৎপিনব' মাগা লোইনরকপশিংদুদা মেল্লি। অসিগুম্বা ইচম-চমজবা আদিম অধিবাসী (হাল্লা লৈরম্বা) শিংসিনা ইচম-চম্বা লিকলিগী গ্লাস পিবদা কয়াগী মতিক হরাওজবা! মথং মথং মখোয়গী অকীবদো লৈখিদ্রে, মখোয়গী মনুংদগী নিপা ভয়েং পুদুনা কলম্বসনা অমুক জহাজ হোল্লকলে।

'সান সালভাডোর' থাদোকলম্লগা মখোয়না মথং মথং অপিক অপিকপা দ্বীপ কয়াদা খোংদারে। কিউবা, হাইতিনচিংবা দ্বীপ্তা কলম্বসনা কোইরিঙৈদা অহিংগী অমম্বা মরক্তা পিন্টাগী ক্যাপটেন পিনজোল্লা নোংমা মাগী জহাজ পুরদুনা চেনখ্রে।

কলম্বসনা মাইপাকপা অসিদা মাগী মপুক্লিংদা মতমকুইনগী খোয়াংলক্লবা অমগী ইথিন ফাওরকলে। কলম্বসকী মফমদগী মহাক্না তাথিরম্মী, হায়রিবা দ্বীপ অসিগী মনাক্তা করিগুম্বা মফম অমদা সনাগী চীংজাও লৈ। কলম্বসনা অসিগুম্বা সনাগী লমদম অসি থিরিবনি। পিনজোল্লা থল্লম্মী, মহাক মশামক্না অসিগুম্বা দেশ অসি থিদুনা পুথোক্লগা কলম্বসপু হাল্লা দেশতা হল্লগা হায়রিবা খোংচৎ অসিগী মিংচৎ পুম্নমক মাগী ওইরগনি। করিগুম্বা মরাইবক থিদুনা লম্বী লম্মাংনরবা, অদু ওইরবদি মানা হায়গনি, অহিং অমম্বদুদা লম্বী লম্মাংনবনা ইতোমতা অস্তুম চংলম্লবনি। অসিগুম্বা মতলব অসিদা মানা কংবু থাদোক্নুনা পিন্টা পুদুনা চেনখরে।

কলম্বসনা কিউবা, হাইতি অমদি মনাক অকোইবদা লৈরিবা দ্বীপ পুম্নমক কোট্টরবদা মানা চাওনা শাগৎলকপা ভাব, সনাগী থনি অদুদি কদায়দম্ভু ফংবদি মঙমঙ্গে হায়ববু, মশীং লাকঙম-দ্রবা অনৌবা মথলগী উপাল-রাপাল, উহৈ-রাহৈ অমস্তুং শা-উচেক কয়ামরুম উবদা মাগী মপুক্তা ওকপগী ওমথৈ লৈরমদে। হন্দক্কী খোংচৎ অসিদা মানা অহানবমক্তদ উরকপদি, হায়রিবা দ্বীপ অসিগী অধিবাসীশিংনা কবিনো পাম্বী মথল অমগী মনা থ'দোক্লগা মৈথু অদু থক্লম্মী! কলম্বসনা ওকুনা হায়রিবা ওক্লবা পাম্বীগী মনা অসি থর পুরকই—হায়রিবা মনা অসিমক্লা ওই-খিবনি হিদাক মনা। কলম্বসকা লোইননা মতৌ অম্ভুম্না হিদাক মনা অসি ইউরোপ্তা ইহান হান্না চংশিল্লকই।

লেপ্তুনা অস্তুম কোইনা কোইনা চৎপদগী জান্নুয়ারি থাসে য়োশিল্লক্র—অসিদগী অমুক পম্বরবদি পিণ্টানা মঙোল্জগী হান্নবা থুংখিবা তারে হান্নবা তিংনরদুনা অমুক হন্না স্পেনলোমদা জহাজ মমাই ওল্লকলে। হল্লকপদা মাগী মীশিংনা মকম অমদা কুম-থদুনা ইরুজরম্মী, মতম অসিদা ইথং-থংহোদনা মুগুক-মুবা মী কাংবু অমনা মখোয়রোমদা লান্দারকলে।

মতাং অসি ফাওবদা মফম অসিগী মীশিংনা মখোয়দা কদোঐঙদা লান্দারকক্রি—অদুবু হোজিক্তি মখোয়না লান্দারক্লে, অসিগুম্বা শাখিনা মুবা মীওইশিং অসিদি মী চাবনি। মতাংনা য়াদত্তুনা মখোয়গী মাইয়োক্তা কলম্বসনা থুংলাই পাইবদা তারে, মসিদগী মখোয়গী মী অনি-মরি নোংমৈ গুলিদা মথল্লাই মাংলে।

মতুদগীদি মখোয়দো নারক্লা হোংচিনখরে। অতৌবা কাংবু অসিনা ইহান হাল্লা ঈ তানবদি মসিনা ইহান মহাল্লে।

হল্লকপসিদা লমখাংদা কলম্বসনা পিন্টানা মখোয়গী মমাংদা লাপতক্লা চংলিবদু উরে! তাপ্পা অসিদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিং শিকৎলক্লে। পিন্টাগী ক্যাপটেন্না মাগী মফমদা চংশিল্লক্কুনা ঙাকপিয়ু হায়না হাম্বজররে; মতম অদুদা শিৎলিবা নুংশিং অদো অঙকপা নুংশিং ওইগ্রে জহাজ অহুম অদুগী মনুংদা অমামকপু লৈহৌগনি হায়বা থাজদরে।

নুমিৎ মঙানি চুপ্প' তত্তনা অসিগুম্বা অকনবা নোংলৈ-নুংশিং অসি অদুম অকৌবগী মশক ফংনা শিত্তুনা লৈ—কলম্বস ফাওবা খল-লকলে, মতুদি, হন্দক্কী খোংফম অসিবু ঙাকঙম্নরোইদ্রা হায়না!

মতম অদুদা মহাক্না মাগী লমকোইবগী ব্রারী, লম্বীদা ইরক-পশিং অদো টিন অমগী মনুংদা চেকশিন্ন হাপচিল্লগা সীল তৌরগা ঈশিংদা তাওহল্লম্বী—মতুগী ভাবতি অসিনি, করিগুম্বা মানা ঙিং-ত্রবসু নোংমদি মখোয়গী ব্রারী অসে সভ্য জগৎতা য়ৌবা ঙমগনি।

অদুবুনে, কলম্বসকী মর'ইবকসি ফগ্রে, নোংলৈ নুংশিং নেমলে, প্রাণী (খরাই পানবা) অমত্তসু হায়রিবা নোংলৈ-নুংশিং অসিদা লাকশিনখিদ্রে—জহাজ অহুম অদুদি খর কাই তোক্লবদি মতৌ। কলম্বসনা অসিগুম্বা খর কাই তোইবা জহাজ অহুম অসি পুর-দুনা মাগী তেংবাংবিনবা লৈতবা মওংদা থোকপা অমা তৌদুনা ইউরোপকী খোংবান লমদম ওইরিবা পোর্তুগালদা থুংলরে।

# নিংথৌগী অভ্যার্থনা (ওকপা)

কলম্বস হল্লকএ হায়বা পাও অসি তাবদা নিংথৌ জোন্না য়'ম্না ইকাইখুম্ননা মাবু রাজ সভাদা পুশিল্লম্মী অমসুং মীংচৌ-ইনবা কয়া উৎতুনা পোর্তুগালগী মমিংদা খো'চৎ অ'সি লাওথোক্লবা তৌরো হায়না হায়রম্মী। অদুবু কলম্বসনা করিগুম্বা মীংচৌবশিং অদুদা য়া'নিংবা ফোংদো'কখিদে। মতম অদুদা নিংথৌ জোনগী ম'ন্ত্রীশিংনা কলম্বস অদুগা মাগী মীশিং অদুবু বন্দী ওইনা ফম্ন'বা মন্ত্রনা পিরম্মী— মদুগী অর্থদি স্পেনগা পোর্তুগালগা লনগী ঘোষনা তৌবনি। নিংথৌ জোননা হায়রিবা প্রস্তাব অ'সি য়া'নিংলমদে। ফুংশাথিবা পে'ক্রকপুনা মহাক্না কলম্বসপু থুনা বিদায় তৌরম্মী।

অসুম ওইবা কৌনি'ডাই ওইরবা ষড়যন্ত্র অসিদগী নান্থোক-চব' ফংলবদা কলম্বসনা মাগী কাংবু অদু পুরদুনা—বন্দর অদুদগী মহাক্না খোংশানখিবা বন্দর অদুদা অমুক হন্না লাকলে। ম'গী জহাজনা লৈর'ই নকশিল্লকপা মতাংদা স্পেনগী নিংথৌগী য়াথংদগী স্পেনগী মতম অদুগী অচৌ অশাং পুন্নমক হৌনা কলম্বসপু অভিনন্দন তৌননবগীদমক খো'বান অদুদা পৈথুনা লৈরমলে। চ'ওরবা নিংথৌগী অভ্যার্থনাগী মরক্তা বিজয়ী কলম্বসনা অমুক হন্না স্পেনগী লৈশাদা খোংদাবরে।

সহর অমদগী সহর অমদা অসিগুম্বা নিংথৌগী অভ্যার্থনা অসিনা ওক-ওক্লদুনা কলম্বসনা বার্সিলোনা-সহরদা থুংলরে। মফম

অসিদস্থু লৈম-নিংথৌ অনিমকস্থু মাবু লাংতক্নুনা ঙাইহন্না লৈরম্মী। কলম্বসনা রাজ সভাদা চংশিন্নকপা মতমদা, নিংথৌ ফার্ডিন্যাণ্ড অমস্থুং রাণী ইসাবেলামক্না সিংহাসন্দগী হৌগৎতুনা মাবু ওক্কুনা ইকাইখুম্নবা উৎখ্রে।

কলম্বসনা অসিগুম্বা রাজ-সভা অসিদা মাগী ওক্লবা রারী রাখোং পুম্নমক অদো লিজরে অমস্থুং মাগী মতম কুইনা মঙ-জরকপা মঙবু মহৈ য়াম্লে. মাগীদমক পুম্নমক্না ভগবানদা ধন্যবাদ তৌজখ্রে।

অদুগুম্বা লেংদনা থাজখিবা অদুমক্তনা লেংদ্রবা মিংচৎ অমগা লোইননা মানচিত্রদা য়াওদ্রবা মহাসাগরদগী কলম্বসনা হল্লক-লিবা অসিগী ওক্লবা রারী অসি মতম অদুদা ইউরোপকী মাইকৈ মরিমক্তা উনা উনা শন্দোকখ্রে—অদুগা লোইনা-লোইননা রাজধানী খুদিংমক্কী মীওইনা থোইনা ঙকপা অমদি শ্রদ্ধাগা লোইননা মাগী মমিংবু শোন্নবা হৌরক্লে—খ্বাইদুনা হায়নরকলে—সমুদ্র চৎপসিগী ইতিহাস, থোনা অসিগুম্বা মিংচৎসিগা চাংদম্নগদবা অতৈ লৈত্রে!

ইংলণ্ডগী রাজ সভাদা পাও অসি তাবা মতমদা তরেং-শুবা হেনরীমকনা হায়রম্মী, অসিগুম্বা মপুথোক (অবিষ্কার) অসি মীওইবনা ওইথোক্তবনি। কলম্বসসে অথোইবা নিপানি! পুম্ন-মকনা মতম অদুদা অসুম্না খংনরম্মী মদুদি, কলম্বসনা ভারতবর্ষগী লৈপাক উরুরগা লাকলে, অদুনা মানা পুথোক্লিবা মনিংলোমদা লৈরিবা দ্বীপ মপৈ অসিবু West Indies নোংচুপ ভারতকী দ্বীপ মপৈ হায়না কৌখি। হৌজিক ফাওবা হায়রিবা দ্বীপ মপৈশিং অসে হায়রিবা মিং অসিদা অসুম্মক লৈরি!

# অনিশুবা খোংচৎ

স্পেনগী নিংথৌ. রাণীনা কলম্বসকী প্রস্তাব মতুংইন্না অনৌবা পুংথোক্লিবা দ্বীপ অসিদা থুন্দারুনবা খৌরাং তৌবিরে অমসুং কলম্বসনা অমুক হন্না চংননবা শেম শারে।

মানা হেক ফংগনি হায়না আশা তৌবা সনা অমুক য়াম্নদি মানা হন্দক্কী মতাং অসিদা পুরকপা ওমখিদে অদুবু হন্দক্কী খোংচৎ অসিদা খাঙ্গেশেংনা সনাগী খনি পুথোক্কুনা লাকপা ওমগ'ন অসিনি মাগী রা। স্পেন পুম্নমক্কা নিংথৌগী য়াথং অসুম্না লাওথোকখরে মতুদি....কলম্বসনা অনিশুবা খোংচৎকাদমক খোংশাল্লগনি মরম অসিনা মাগা লোইননা চৎতুনা অসিগুম্বা অনৌবা দেশ অসিদা থুন্দানিংবা পুম্নমক চৎপা য়াগনি।

নৌনা পুথোকলিবা দেশ অসিদা থুন্দানিংবনা মী কাংবু কাংবু লাক্লবা হৌনরে। রাণী ইসাবেলামকনা হন্দক্কী অনিশুবা খোংফম অসিদমক রশাগী শেনফমদগী চাওনা খৌরাং তৌবিরে। মখল কয়াগী জাংকী মীওই শুরে। চাওর চাওরবা জহাজ অহুম অদুগা অপিকপা জহাজ তরামরি—মীয়াম অহুগী চানথরুবা পোৎচৈ পুম্নমক খৌরাং তৌদুনা সেপ্টেম্বর তাং ২৪ দা কলম্বসনা অনিশুবা খোংফম অসিগী খোংশাল্লে।

অদুবুনে, কলম্বসকী অমুক য়াম্না মিংচৎ চাওবা অমদি ইকাইখুম্নবা অসিদা নিপা অমথক্কা ওম্হোক্লা খোইরাংথরে, শাও-

নিংথরে— মাগী মমিংনা জুয়'ন ডি কোনসেকা হায়না কৌই। মহাকসিমক্তদা হন্দকী খোংকম অসিগী চান-থক্লবগী থৌরাং তৌনবা ভা'র শিন্নরম্মী। গোড়াদগী হৌড়না কোনসেকান ইচম চম্বা থৌদোক থরদগী কলম্বসতা হেক হেক থংনবা হৌরকই, মসিদগী কলম্বসনা থংবদি মহাক চংগ্রবা তুংদা মাগী মাইয়োক্তা আন্দোলন তৌবিনবগীদমক স্পেনগী মনুংদা মীওই অমত্ত লৈরমলগনি। কলম্বসকী অনুমান অসে মানা মুক্তাও কাওংথদে, থরগী মতুংদা মসিমকী প্রমাণ তৌরকনি।

অনিশুবা খোংচং অসিদা কলম্বসনা গোয়াডালুপ কৌবা অনৌবা দ্বীপ অমদা কুমলে! দ্বীপ অসিগী মনুংদা কুমথরকপদা দ্বীপ অসিগী দৃশ্য অত্থ উবদা মহ'ক্না ওৎপোক্না কৌরম্মী! দ্বীপ মনুংদা লৈরিবা উনা-বানানা কুপ্পা য়ুম পুন্নমক অদো ত'থ'ই অম-য়োমদি তেক কাইবগী মও'দা লৈরে. অতুগা মতুগী মনুংদা মীগী অশিবা মশা অপুম্বা লৈরি, কদাইদনা মীগী শরুশরং তারিবা য়ুম অমদনা মুপী কয়ামরুম পুন্দুনা লৈরম্মী মখোয় অত্থম শিদো-রমলে।

য়াম্না থি-খোংলবগী মতুংদা থাওকপদি, মখোয়না অহানবা খোংচৎতা মী চাবা কাংবু অমগা থংনখিবদো, মখোয়গী কাংবু তত্থনা তৌবা থবক ওইরম্মে; অসিগুম্বা মী চাবা কাংবু অসে কাব্বিব জাংনি। মুপীগী মশাদি মখোয় চা দে……মখোয়না থনবদি মুপীগী মশা চারুবগা তুম্বা উমদে হায়বসিনি। মরম

অসিনা নিপামচৈ মশা চাথোক্লগা সুপীশিং অদুনা শা-ঙানা চা-থোকসনু হায়না পুন্দুনা থম্মি !

অহানবা থোংফমদা কলম্বসনা চন্নুনা লাকপা মফম অদুগী মমিং মহাক্না, 'নাভিডাড' (Navidad) হায়না থোল্লী। হায়-রিবা মফম অসিদা মহাক্না অপিকপা লানবন অমা মন্নাইগী ওইনা শারম্মী অদুগা মাগী কাংবুদগী মী কয়াবু মাগী মহুৎশিনবা ওইনা হাপতুনা লানবল অদু ঙাক্লবা থনম্মী।

চন্দক নাভিডাডতা লাকপা অসিদা উবদদি, মাগী লানবল অদুসু ইকাই কাইরম্মে মানা থনম্মা মী অমত্তসু হিংদুনা লৈরমদ্রে। সনা খিগে হায়দুনা মীওই কয়ানা দ্বীপ অসিগী মমুংদা চংশিন-খিবনি, মথোম্নসু চন্নকলমদ্রি, অতৈ থরনা ক্যা'রিবনা হাংজেক-পিংখ্রে।

কলম্বসনা অতোপ্পা মকমদা চৎতুনা খুন্দ'ক্লবা হান্নগা মফম অসিদা সহর অমা শেমগংলে— রাণীগী মমিংদা শেমগংলিবা অনৌবা সহর অসিগী মমিং ইসাবেলা থোল্লে। মফম অসিদা হান্না খুন্দাবা হৌনবগীদমক ময়ুম মকৈ শাগৎপা হৌনরক্লে।

ইসাবেলাদা লৈনা লৈনা কলম্বসনা পাও ফংলম্মী; মফম অসিদগী হুমিৎ মরিনিয়োমগী লশী চৎলগা মফম অম লৈরে হায়রিবা মফম অসিদা সনা য়াম্না ফংই। মাগা মথোনা করবা ওজেদা কৌবা পাখং অম লোইনরকই। কলম্বসনা ওজেদাদা থবক অসি শিন্নরে। ওজেদানা মীয়াম পুদুনা সনা খিগে হায়না চৎখ্রে।

ওজেদানা হায়রিবা মফম অসিদা চৎথিবদা উরে তপেং-নমক মফম অসিগী তুরেলগী ঈশিংদা সনা মকুপ ডাওরে. চুমিং কয়ানিমক্কম মফম অসিদা লৈদুনা হায়রিবা সনা মকুপশিং অসি থোল্লগা ওজেদাদো হল্লকলে, তৌইগুম্বস্থং হল্লকপা মতমদা ওজেদাদস্মু অসিগুম্বা মীচাবা ক্যারিবশিংগী অত্যাচার কয়া তৌরকলে।

কলম্বসসে ঈংথনা লৈবা ওয়ক্তরে, মানা থরি ক্যারিবশিং অসি মাংহন্দ্রবদি, মতম অসিদা থুন্দাবসে নিংথি সুংঙাইরোই-রোইদৌরি—মতুংদা মাগী কাংবুদা অসিগুম্বা মীচাবশিং অসিগী মথক্তা থুংনাট পাইরো হায়না হুকুম তৌরে।

মরক অসিদা মহাক্কা লোইননা য়াম্না থৌনা কবগা লোইননা লাকমিন্নরিবা কাংবুশিং অতুগী মরক্তা কাইনবা অমা থোরকলে। মথোয়না থল্লকপনি, মথোয়না মফম অসিদা লাক্লবদি শোয়দনা সনাগী উফুল মথক্তা থোংনেৎকদবনি—অদুবু অতুগী মহুত্তা মথোয়না উরে, ওম্বোক্না থুদোং থিনা লৈবা, অদুগীস্থু মথক্তা মীচাবা কাংবুগী মথয়াঙা কনাগুম্বা থরস্থু ডাবা। মসিদদি, মথোয়না লোম্না মীনম্বগী থবক তৌবা হৌরকলে, কলম্বসকী জহাজনা নাক-য়েৎতা লৈরিবা মফম থুদিংদা সনা থিবা কোইথ্রিউৈ মতাং অসিদা জহাজ অমা পুরগা স্পেনলোমদা চেনখ্রগে অমস্থং মফম অদুদা কলম্বসকী মথক্তা কত্তবা রা কয়া হুজিন্দুনা মাগী মিংচৎ থিবা শন্দোকউগে।

মথোয়গী থৌরাং মপুং ফাত্রিউৈগী মমাংদা কলম্বসনা মথোয়না লৌতুনরিবসে হান্না খংদোকখরে, পন্থক্নে কলম্বসনা, অদুগুম্বা লৌতুনবিবা মীওই থুদিংমক্তো ফাজিন্দুনা থমলে। অসিগুম্বা

কলম্বসকী অশাওবা শকওই অসিদা পুম্নমক অদো ওয়া থি-থি কীনগ্রে।

মতৌ অমুম্মা ফত্তবা তৌগে লাংলম্বশিং অদুবু লাকশিল্লগা মী চায়রিরোম পুরদুনা ওজেদানা ভুয়েলগী ঈশিংদগী সনা খোল্লিবা মফম অহু তাম্না খোংশাল্লে। স্পেনদগী লাকপা মতমদা মহাক্না খনি থিবা ঠৈবা মী কাংবু পুরকই। মফম অদুদা লাকলবদা মখোয়গা খল্লবে, ভুয়েন্দগী সনা খোল্লবদি মতম য়াম্না ১২২লগনি অদুনা, ভুয়েলগী ময়াগী মফম কদায়দা লৈমুংবা খনি লৈগনি মহু থিরসি।

মী কাংবু অমা পুরদুনা মহাক্না মফম মফম থুদিংদা লৈপাক তৌবা হৌরকলে। মতম অসিদ মহাকনা খল্লকলে, মহাক্না মী অসুক য়াম্না মফম অসিদা লৈবা তারবদি হান্নানা মখোয়গী লানবন অমা শাবা তাই। মরম অসিনা মহাক্না হান্নানা পিকতক তৌবা লানবন অমা থিন্দনা শারে। লানবন শারবদা মহাক্না লানবন অসিগী মমিং থোল্লে—'ফোর্ট সেণ্ট টোমস'। মতুংদা ওজেদাদা লানবন অসি ওাক্লবা শিল্লয়ল্লগা অমুক ইসাবেলাদা হল্লকলে।

থা কয়ামরুম থাদোক্লুরবা ইসাবেলাদা মানা হল্লকপা মতম অসিদা উবদি, মপু পান্দবগী মতৌ হায়বদুমক ওইরম্রে। মহাক লৈত্রিভৈসিদা মফম অদুগী আদিম অধিবাসীশিং অদুদা লৈহৌ-রিবা মাগা লাকমিয়বশিং অদুনা য়াম্না ওংনৈবিরম্মে, অদুনা আদিম অধিবাসীশিং অদুনা মখোয়বু হম্না-ভুনা য়েংবিরমগ্রে মরম অদুদগী মফম অদুদা চা-ন থক্লবা ফংনদনা লৈরম্মে।

অসিগুম্বা অসভাশিং অসিনা মহৈ-মরোং কয়ামুক হেক-খোৎলক্তুনা খুদোনপোৎকী মশক ওইনা পুরকই অদুগা মখোয়দা ইচম-চমবা গ্রাসকী পোৎচৈ খরা পি, মতুদা মখোয়না য়াম্না হরাওখ্রে। ওংপিরুবদগী অসিগুম্বা চান-থক্লবা পোৎচৈ অমত্তা পুরক্তুনা অদুনা অশুক য়াম্না য়াঅম্নিবনি।

কলম্বসনা পুরকপা চান-থক্লবশিং অদুস্থু নোংমা নোংমগী মফেং তারক্লে। কলম্বসনা খুন্দারক্লিবা কাংবু অসবু লৌশিং উহংগে হায়না, হোৎনৈ, তৌইগুম্বস্নুং মখোয় অদুনা সুকনোম নোমলিংলম-দে, রেড ইণ্ডিয়ানসিং অদুনা পুরক-খোৎলকপা অদুদা মচানিংলম্মী, মখোয়না মপুক ইতিং তিংজবা ইণ্ডিয়াশিংদুগা য়েক্নবদুম ওইথোক-উরে। তৌরিবা মতৌ অসিমক্তি কাংবু অদুগী নোমনিংদবা ফুংজাইনা লেননিংবা অসিননি।

কলম্বসনা নিংথিজন থংলে মতুংদ, মখোয়না সমুদ্র তরেৎ-তুরেল ভরাহুমদোই লান্দুনা সনা, লুপা, ঐশ্বর্য্য পুত্তুনা চৎকে হায়রবদি য়াম্না কন্না নোমগদবনি, য়াম্না হৈ— শিংজিনগদবনি, মখোয়গা তোৎনগদবনি, মখোয়গা কজনা লোইনগদ-বনি। মরম অসিনা কলম্বসনা অসিগুম্বা অতনবশিং অসিবু শিক্ষা পিগে হায়বগীদমক আইন অমা জারিরে মীপুম খুদিং-মক্না হায়রিবা খুন্দাররিবা অসগী মঙ্গল ওইনবগীদমক মখুংমক্না লৌউগদবনি। হেক য়ারিমথৈ নোমগদবনি, মতু তৌদবা মীওই অদুনা মমামগী ওইনা থমলিবা পুকৈদগী চান-থক্লবা অমত্তা লৌবা য়ারোই।

অসিগুম্বা হুকুম অসিদগী মাগী কাংবু অগুগী মনুংদগী তংখাই অমরোম হেনবা মীওইনা মনুংদা মাবু শাওনবা য়াওরকলে। মখোয়না মখোয়গী পোংক্লকম লমদম থাদোক্নুনা লাক্লবসি অতোপ্পা নেমলবা রাখল অমদা লাক্লবা ওইরমগে। কলম্বসকী য়োনা মরাইবক থিবদি মখোয় অসে য়াম্না হন্থবা মীওইমক্তা ওইরম্মী। মাগী কাংবু অসিগী মনুংদা পাত্রীসু য়াওরম্মী। ফাদর বোয়েল হায়বা পাত্রী অমনা কলম্বসকী অসিগুম্ব হুকুম অসি তারগা তৌখিবা প্রতিবাদতি, মহাক্কি পাত্রীনি লৈপাক তৌগে, খোইগে হায়দুনা লাকচবা নত্তে মহাক্কী থবক্কি য়াম্ন রাংবা থবক্কি।

কলম্বসনা মাগী মরা ভারে, পাত্রীগী থবক অদু তৌহন্দবদি তৌগে, অদুবু নোংমদা চরা নাম্মতা মপীজরে, মরমদি পাত্রী হায়বসে মপাঙ্গলগী থবক অদুক হারা লৈবা নত্তে।

কলম্বসকী অসিগুম্বা নিয়ম অসিদগী খুন্দাগনি লাকলিবা কাংবুদুগী তংখাই অমরোমদি চান্নবা হেক্তা মশাওনরে। অদুবু মহাক্না মসিদা মিংচিনা য়েংবদি তৌত্রে। 'মাগী মথাদা মতাং অদো পৃথিবীগী মানচিত্রনা অহিং মুংথিল নাইদনা উরক-রু লৈরম্মী। মানা খল্লি. অসি নত্তবা অনৌবা দেশ কয়ামুক লৈরি, হৌজিক ফাওবা মহাক্না মকম অদুদা চংপা ঙমদ্রে। মানা তাবা ভারত-বর্ষগী রারীদি মফম অদুদা চাওর চাওরবা নিংথৌ পাল্লি হায়, নোংচুপলোমগী ইহান হানবা দূত অমা ওইনা মহাক্না মফম অদুদা থুংগদবনি— অদুগুম্বা সনা, মণি মরকতগী রা, নিংথৌ

ফার্ডিন্যাণ্ড অমসুং রাণী ইসাবেলাদা মহাক্না তাহল্লুবনি, হৌজিকসু অহুগুম্বা দেশ অদুদা মহাক থুংবা ঙমগ্রি—মরম অদুনা হৌজিকসু অহিং সুংথিন্দা লয়রুনা লৈরি। অনৌ অনৌবা দেশকী মানচিত্র, অনৌ অনৌবা লমদমগী মণ্ডলান-চা। মরম অসিনা কনাগী মপুরিংদা করি খল্লিবা মসিগুম্বা রাথল অসি মহাক্ন তৌবা ঙম্নমগ্রি। মাবু মাগী মনিংথৌনি হায়না য়াজথিবা মহাক্নুগী মফমদা মানা চাওরবা মণ্ডলান অমা থাঙ্গৎলুবহু মহৈ করম্বা য়ানগদবা অসিনি মাগী রাথল। অদুবু অরাবনি—কলম্বসগী রাখল অদুদা মাবু অকনবা চৈফু অমনা ফুগদবগী মথুৎতা চৈতুপশিং পাইতুনা ঙাইরে হায়বসি সুকখন খল্লুবা লৈত্রি।

মানা লেপলে, ইসাবেলাদা লৈখোকপা তৌদনা অনৌবা দেশ পুথোক্নবা মহাক চৎলগে। মহাক লৈতবা মতমদা মানা শেমগৎলিবা অনৌবা সহর অসি ঙাক্নবা মীওই কম্নাম্নুা শাবা কাউন্সিল অমদা শিন্নয়ে অমসুং কাউন্সিলগী সভাপতিনা মাগী মচানুপা দিয়িগোদা হাপলে।

ওজাদাগী মফমদা শিন্নবনা, ফোর্ট সেণ্ট টমাসনি অহুপা মারগারিট কৌবা মথৌনা লৈবা মুপা অমদনা মফম অসিগী নাক-য়েংৎ অকোইবদা লৈবা কংফালগী লমদা সনাগী থনি থিবা অসিনি। মতৌ অসুম্না থৌওং পুম্নমক শিন্নরম্নগা মহাক্না জহাজ পুদুনা অমুক ঈশিংদা তাওরকলে।

---

# মিংচৎ থিনবা লৌতুনবা

থা কয়ামরুম শুক্লান কাল্লদনা সমুদ্রদা কোইকোই কোইরুরবা মতুংদ মহাকনা অমুক ইসাবেলাদা হল্লকপা মতমদা উবদি, মাগী মাইয়োক্তা চক্রি হোবা মীওইশিংগী, থবকশিং অদু কন-খান্না চংশিল্লমলে।

কলম্বসনা লাম্মী কয়ামরুম লোইনরকই, মারগারিটনা লুচিংবনি মথোংদুগী। কলম্বস লৈতবা মতম অসিদা ফাদর বোয়েলনা ইনসিন্দুনা মহাক্না মাগী মীওই কয়ামুকা দিগ্নিগোগী মাইয়োক্তা খুংলাই পাইখৎনবা থৌরাং তৌরে। কলম্বসকী মনাও বার্থলো-মিউনা মতম চানা অসিগুম্বা লালহৌবশিংগী পাও কংলম্মী, মরম অদুনা মারগারিটাদা মচু থিংননবা থৌরাং তৌহল্লম্মী।

মারগারিটনা বার্থলোমিউ হায়বসে কলম্বসকুম্না মথৌনা লৈবা অমদি তৌবা ঙম্বা মীনি হায়বসি খংভি, মরম অদুনা মহাক্না ইসাবেলাদা লান্দাদনা বন্দরদা লৈরিবা মথোয়, কাংবুগী অহাক-শিং অদু পুরদুনা স্পেনলোমদা খোংশাল্লক্লে। মাদা তৌনিংলিবনা—স্পেনদা হান্না য়োরগা কলম্বসকী মরমদা ফত্তবা-নত্তবা হায়জিল্লগা নিংথৌনা কলম্বসপু চান্নিবসি চালহল্লোই তাথিহনগে, অসিনি। অদুগা অমরোমদনা মী-চাবশিংগী লুচিংবা ক্যানোবোনা মাগী কাংবু পুদুনা সেন্টটমাসতা লান্দা হনগে। নিতি খুদিংগী হায়রিবা মী-চাবশিং অসিগা স্পেনিয়ার্ডশিং অসিগা লাল তৌনদুনতা লাক-

লিবনি। স্পেনিয়ার্ডশিংগী খুদেংচাবা হায়বমক্তন্, মখোয়গী মখুত্তা নোংমৈ পাইরিবা অসিনি। ক্যানাবোনা লানপাবা ভুমদ্রিবা নোংমৈশিং অসিগা পুন্নুনা চংখ্রবদি, লাইনা মী চাবশিং অসনা মখোয়বু ভুমগনি। অসুম্না খল্লগা হায়রিবসিমক তৌন্নুনা মাবগারিট চংখ্রে, কাবুন্দুগী লুচিংবানবা য়াংলে, মতম অসিদা, খুদোংচাবসি লৌন্নুনা ইণ্ডিয়ানশিং অন্নুনা ওৎ-নৈবা কন্না চৌরক্লে। অসিগুম্বা ফিভমদা লৈরিঙৈদা কলম্বসসে ইসাবেলাদগী হল্লকলে

স্পেনদা হনগ্রগা মারগারিট অত্তুগা ফাদর বোয়েলনা অসিগুম্বা মীরৈবাক্কগী ইটালিয়ান অসগী মমিংদা অকৌবা ফংলবা মিংচং খিখ্রবা য়াফম শন্দোকপা হৌরকলে অমসুং অসুন্না তৌবদগী মখোয়না ফোনসেকাগী কাংবুদগীসু ওন্থোক্লা মতেং ফংলে। মখোয়না হোৎনরিবনা লৈম-নিংথৌ অনিগী মকমদা অসিগুম্বা মিংফম থিবা য়াসি য়োইহল্লে।

কলম্বসনা সনাগীদমক য়াশক্তনা চংখিবনি, মত্ত মহাক্লা থারকপা ভুমজে। মসিগীদমক লৈম-নিংথৌ অনিগী মপুরিংদা ওন্থোক্লা স্নুংঙাইতনা লৈরি. মতাং অসিদা কলম্বসনা, য়ফম অদুদা চংমিন্নথিবা মী পুম্নমক্তা য়াম্না ওৎ-নৈবিরে অত্তুগা মশাগী ওইনা সনা থোক-থাক থোমজিন্নুনা থমগে হায়বা পাও অমসু তমশিল্লবা অসিদা অমুক হেন্না লৈম-নিংথৌ অনিনা কলম্বসপু থাবা হেনংলে। মতুংদা কলম্বসনা লমচং-শাজং, লোনচং থোরম পুম্ব। মমিৎমক্লা য়ে লুরগা রিপোর্ট পিননবা নিংথৌগী ফম্নাইব অমা থারকলে।

সমুদ্রগী ঈথক ঈপোম থাইদুনা লাক্লগা নিংথৌগী ফম্নাইবা অসিনা ইসাবেলাদা থুংলবা মতম অসিদা উবদি— ইসাবেলাগী মাইকৈ মরিমক্তা থংন-চৈনবমক্তা মঙাইরমলে। অসিগুম্বা থংন-চৈনবা অসিগী মরক্তা মহাক্না কলম্বসকী মথক্তা হুকুম তৌবা হোরকলে অমসুং মাগী থবক খুদিংদা চিংনদুনা মাবু অথিংবা পিরে। মমৈদদি অসিগুম্ব' মওং অমদা ভারকলে, মতুদি কলম্বস মশামক চংতুনা লৈম-নিংথৌ উনরুম্বগে হায়না থল্লকলে। মতুংদা পন্দনা স্পেনলোমদা কলম্বসংসে লাকলে।

কলম্বস হল্লককলে, অদুবু ওসিদি মহাকপু ওক্কদবগী সমুদ্র-থোংবান্দা লিনথোংনঙম্বা মতৌ. অদুদি ওইরমদরে, খুঙ্গং খুঙ্গংদা অভিনন্দগীদমক নিংথৌগী য়াথং লাওথোক্লমদরে। মীচমশিংনা কলম্বসপু মুংশিরম্মী, ওকনিংলম্মী অদুবু কলম্বসকী য়েরবশিংনা মাগী মরমদা মিংচং থিবা শক্লোকপন', মথোয়মসু চান্নব' কলম্বসপু তুকচবা হায়বদু ওইখ্রে।

মীবু খিনা ভাংনবমুক চিন্দা অপেনবা পোংতি মচমগী মমুংদা অতৈ পোং অমা লৈতবনি। ওরাং মাবু মথোয়না দেবতাগুম পূজা তৌরম্বনি অদুগা ওসিনা মাগী মমিংদা ওস্লোক্লা খিনা ভাংনরে; অদুবু মিংকুপমুক্তং খম্বদুন য়েংনব, ব্রাথল কাওবা মথোয়গী লৈখিগ্রে।

রাজ সভাদা নিংথৌ ফাডিন্যাণ্ড অদুগা রাণী ইসাবেলানা মাবু ইকাইখুম্নরম্মীদি হায়ববু অসিগুম্বা ইকাইখুম্নবা মথুম্না অসিদা হাকনা মথাই ম্নাওশিনবদি নংলমদরে। রাজ সভাদগী নিম্নরকপা

খোঞ্জেলশিং অদু মখোয়গী মথম্মোয়দা হেন্না হয়াও-মুংঙাইবগী মতৌদি নৎখিদ:রে, মখোয়দো তৌদবা য়াদবগী মতাগুম্নদা মতোরম্মী

কলম্বসপু সম্মান উৎনবগী অচৌবা চা-থকন্‌বগী থৌয়াং অমদি মতৌরম্মী, মদুসু থরাই লুপশিনবদি ওইরমদ্রে। কলম্বসপু য়েংনরদুনা লৈনরি মখোয়না চাবরোমদা মপুক্লিং চংলমদে, মীয়াম তিল্লিবদুদা থরাই য়াওরমদে—মাইকৈ মরিমক্তুদগী মঙোল্লোমদা য়েংশিল্লরদুনা ওম্বোকপা রাখল অমা থল্লবগুম তৌনরি। অদু-দগী হেন্দোক্লদুনা অসিগুম্বা রাহৈ অনি মরিস্তু ঙাংনবগুম তৌরি, মদু মাগী নাকোংদা তাবদা ওম্বোক্লা নাদ্রে—ত্তশেংনা নাকোংদা শিংজানা ফুবগুম্মী।

মানা অসুম্না তাখি, মদু বার্ত্তন তৌদুনা লাক্লিবা অচৌ-অশাংশিংগী মরক্তগী ঙাংনরকপা রানি—মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়রকই, কলম্বসনা করি অথোক্তবা থবক তৌরদুনা মাগীদমক অসুক য়াম্না মীয়াম তিল্লিবা; অমনা খুম্মী, করিনোনে অদুম্না হায়রিববো? মহাক্লা কয়াগী মতিক চাওরবা মীনা পুথোকপা ঙমদবা অমা পুথোক্লিবনো! পুন্সী অমদা সমুদ্রগী ঈশিংদা তাওরুত্রিবা মীবু কনানোমে, অদোম নত্রনে মাইল তয়া চৎ-লুবদ্রবো, ঐসু মাইল কুৎদি চৎলুবে, কনানা ত্তরামঙা! মাসি অসিদগী হেন্না চৎলুরবা মীনি, অসিবু হেনবা বাহাদুরি তৌবা নিপাবু কদাইদগীনো? কলম্বসতি সমুদ্রগী ঈশিংদা ফনা শাংনা লাপ্না তারুরেনা! অদুগনে হোৎনরবদি নংসু মঙমনি, ঐসু ঙমনিদা, অতৈসু অদু মঙাই—মঙমনিদা।

কলম্বসনা মখোয়গী ঙাংনবদু তায়ম্মী—তাবদগী কদোমদগী ঙাংনয়কইবনে; হায়বদু য়েংদুনা খংলে মহাক পাওখুম অমত্তা পিদে, পুখমদগী য়েরুম অমা থাঙংলগা হায়রকই, মরুপশা! নখোয়গী মরক্তা কনানো য়েরুম অসে পুখম মথক্তা লেপহনবা ঙমগদবা ?

অচৌ অশাং তিল্লয়িবশিং অদুন। অমমম ওইনা লেপহন্নবা হোৎনরে— তৌইগুম্বস্নুং মখোয় পুন্নমকনা হোৎনমনগী মহৈদি য়ানদরে, কনা অমত্তনা য়েরুমদু লেপহনবা ঙমদরে।

কলম্বসনা হায়রকই—পিবিয়ু য়েরুম অদু ঐঙোন্দা অমুক্তা পিবিয়কউ—অসি হায়দুনা য়েরুম অদু লৌরগা মাগী টেবল অদু নাকল অমরোমদা চিংথোকলে, অদুগা টেবল অদুদা য়েরুমগী মনিং অমা থজিক্তুং নমথাইদুনা কুংশিলহল্লে অদুগা পুখম অদুদা চপ লেপহললে।

ময়ামদুনা লাওনয়কলে. অদুম্না তৌয়বদবুদে ঐশু ঙমগনি। কলম্বসনা খুম্মকই চুম্মী, নখোয় পুন্নমক ঙমগনি, অদুবু নখোয়গী মাথাদা রাথল অসি হান্না লৈনয়রদে, মাথাদা হান্না লৈরম্বা অদুদনা ঙম্বনি, নত্তবা মখোয়গী নত্তে! নখোয়গী মাথানা হান্না ঐগী রাথলগুম লৈরমলবা অদু ওইয়বদি অনৌবা জগৎ পুথোকপা ঙমলমগনি।

তিল্লিবা অচো-অশাংশিং অদুনা কলম্বমকী মরাদা মথম্মোইদি শোকনৈ অদুবু পাওখুমদি করিমত্তা থুম্বা ঙমদমা তুম্মিমা লৈনয়ম্মী।

অদুবু হিংসা পাম্লবশিং, মীনা চাওথংপা উম্লগা কল্লকপশিং অদুগী মথম্মোইদি তর্কনা জয় তৌবা ঙমদে। কলম্বসনা পুম্নমক্কী লৌতুনবা রাকমনা মনিংদোন পোম্ললম্মী।

মথং মথং মাগী থম্মোই কাইবা হৌরক্লে। মহাক্তি শুরুগী ময়ামগী অভিনন্দন তৌবদু লৌগে হায়দুনা লাকপা নত্তে। মানা তৌবা হৌরুবা থবক অদুগী মপুং ফানবা লেলথুম্ন অমদি চংগদবা মী; মদু লৌগে হায়দুনা অমুক হন্না ফাডিন্সাও, ইসাবেলাগী থোংজিন্দা লেপ্লবনি অদুবু অরাবদি হন্না হন্না হায়জরফাওবদা কলম্বসনা মথোয় অনিগী মফমদগী করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা ফংখিদরে।

পাওখুমগীদমক ঙাইরকপসি তশেংনা চহি অনি হৌপ্রে, মমৈথংদা রাণী ইসাবেলাগী রাখন্দা কলম্বসনা মসিমদি থংহল্লে, কলম্বসনা সনা চফু চফু পুরকুনা লাকপা ঙমদ্রবস্তু মানা পুথোকলুবা অনৌবা মফম পুম্নমক স্পেন নিংথৌগী মখাদা পুথোকপনি, অদুগা মতুংদা মানা পুথোকপা পুম্নমকতু স্পেনগীদমক্তনি, মসিনা সাম্রাজ্য চাওথংহন্নুনা স্পেনগী মিংচৎ অমদি শক্তি হেনগৎকনি।

রাণী ইসাবেলানা পেনবিদুনা মঙোন্দা অমুক হন্না চংনবা থোরাং পুম্নমক পিবিরে। অদুবু হন্দক্কী থো চং অসিগীদমক মীদি ক'বা মঙমদরে, মরমদি মরক অসিনা মাগী মরমদা খিনা ঙাংনমনবনা লাপ্লবা মফম মথাং থংদবা লমদা থুন্দারুনবা থোরাং অসিদা পুম্নমক্কা মথোং থাংঙমদ্রে। মমৈদা জেলদগী কাদোক কয়ামুক বমদুনা থাদোক্লগা কলম্বসকা চৎনিম্নহনখ্রে।

# অমহুশুবা খোংচৎতা ইকাইবা নংবা

১৪৯৮ ইংদা কলম্বসনা অহুমশুবা খোংচৎকীদমক থোরক্লে। হন্দক্কী খোংকম অসিদা মাগী খাইদগী অচৌবা পুথোকপদি খা-আমেরিকাগী লমদমনি। অমুক কুইবসি দ্বীপ অমদি দ্বীপ মপৈশিং পুথোক্লবা হোৎনরকপনা মহাক্কী পেগ্লবা ওইরকপনি। অদুবু হৌজিক অসিদা মাগী মপুক্লিংদা—পেন্দে, মসিনা মুংঙাইবা ওমদ্রে অনৌবা জগৎ অ'স মসিদনা অরোইবা নত্তে—অনৌবা জগৎ অমা, মাগী পাক্লা শন্দোক্লবা মশকফম, লোইক্ক নাইদ্রবা ভাবনা শাবা লমদম অদো কদাইদা করম্না লোৎতুনা লৈরিবা হায়বসিগী রাখলগী লাল কন্না শোক্লি মহাক হৌজিকস্থ।

কলম্বসকী হোৎনজমন অমদি নোম্বা কনবনা, মথম্মোইমুংদা লৈরিবা চাওরবা লমদমগী শকফমদো তশেংনা ফোংলে—অনৌবা জগৎকী লৈপাকতো তশেংনা নোংমা মাগী মিৎমাংদা ফোংলরে! কলম্বসনা নৌনা পুথোক্লে, খা-আমেরিকা—হৌজিক্কী খা-আমেরিকা অসিমক্নি।

খোংচৎ অসিগী লোইরমদাইদা কলম্বসনা ইসাবেলাদা চৎলুবা মতমদা মকম অদুদা তৌরম্মীবা মতৌ অক্ক উবদা কলম্বস অসে নিংবা পুংকাই কাইবনি। য়োলডান হায়বা নিপা অমনা লাল-হৌগনি হায়না লাওথোকতুনা কলম্বস কী মহুৎশিন্দুনা মশামক "ভাইসরয়" হায়বদি নিংথৌগী মহুৎ শিনবনি হায়না থংহল্লে।

মানা ওংনৈবমক্তনা মাইকৈ মরিমক্তা মৈ হৌবগুম তৌরে— কলম্বস লাকপা উবদা রোলডান্না ফোংনা মাবু ইকাইবা পীবা হৌরক্লে, অদুদগী শাওনরকতুনা মী তম্থাই অমরোম স্পেনদা হুনখ্রে অদুগা মখোয় মখোয়না হেক তৌবা মরাল পুম্নমক অদুবু কলম্বসতা থংজিল্লে, কলম্বসনা তৌজরুরিবা থবক পুম্নমক অসিবু লোয়নিংঙাই ওইরবা থবক অমগুম থোকচল্লে।

রাণী ইসাবেলানা শাওদুনা ফ্রান্সিস বোবাডিলা কৌবা মাগী ওইবা মুপা অমবু নিংথৌগী মহুৎশিনবা ওইনা থাখ্রে। মঙোন্দা অসিগুম্বা শক্তি অমসু পিখি মদুদি, নংনা য়েংবদা কলম্বসকী তশেংবা মরাল লৈরম্লবদি, দগী অদু মফম অসিদা পীগে থারকউ, হঁসিনি।

ভাইবং হায়বসে মতৌ অম্বুম্না হন্না হন্না অকাওয়াই অমা হেক হেক চুনৈ, মহাক অদুদগী মাগী উপায় ফংপ্রবা মী অদুবু হেক হেক ইকাইবা পীবসু মতৌই।

স্পেন থাদোকলমদাইগী মমাংদগী বোবাডিলানা থলম্মী,— কলম্বসতা মানা কবি তৌগদগে হায়বদো, মরমদি. কলম্বসকী মায়োক্তা লৌতুনবশিংগী মপুংদা মহাকসিসু লুচিংবা অমনি। ইসাবেলাদা থুংলবা মতমদা মকম অদুগী নিংথৌ পাম্বা মতৌ অদু উবদা মহাক্না থুদক্তা কলম্বসপু বন্দী তৌরে অমসুং অদুগুম্বা বীরপুরুষ, মহাক্না স্পেনগী মথুং মালেম তম্থাই অমগী পাও পিররিবা অদুবু য়োংহ্নিং চল্লবা মীশক অমা ওইনা স্পেনদা বন্দী তৌদুনা থারক্লে।

মপুন্সীচুপ্পা অকনবা লানফম থেংনজররক্লবা অসিবু অসিগুম্বা তমথিরবা মনা মপি অসিদা কলম্বসতো মশা পুমহিক হিকথখ্রে— রাণী ইসাবেলাগী গ্যমাংদা থুংলবা মতমদা মাগী শকফম কাইরে— তমথিরবা ইকাইবা মপি অসিগী চৈফু চারবা মশা অদো মতম চাদনা তজ্খাই অমদি মন্থখরে—ওঃ! মাইথোংগী মঙাল লৈতরে।

রাণী ইসাবেলানা উরে, অহল ওইরবা মশা মন্থরবা কলম্বসকী মমিংকী মপি! রাণী তপথবা ঙম্লক্তরে। মুংঙাইতবা রাখন্না চমম্লক্লনা মথুৎমক্লা কলম্বসকী য়োৎহ্লিং থোকখ্রে।

মমৈদা কলম্বসকী মফমদগী রারী রাখোং মুন্না তাররদা রাণী ইসাবেলানা খংলে, কলম্বসকী মাইয়োক্তা তোল্লবগী মতৌ ওইরবা লৌতুনবা অমা তৌবিরে—মহাক্না থুদ্রক্তা বোবাডিলাবু শাস্তি পিননবা মী থাখ্রে অমসুং কলম্বসপু মরিশুবা খোংচৎকী-দমক থোরাং তৌবিরে।

---

# মরিশুবা খোংচৎ

কলম্বসনা মরিশুবা খোংচৎতা, লাক্লিবসি মেক্সিকো উপ-সাগরগী খারোমখংবদা মতম থম্না চৎলম্মী—মসিদা খংদ-খংদবা অনৌবা জগৎ অমদি খংদবা মফম কয়া পুথোকখি।

মতুংদা মহাক্না মফম অতুদা খুন্দানবা কম্না হোৎনখি অদুবু অয়েম্বদা তারম্মী। স্পেনিয়া থরগা মচানুপা দিম্বিগোগা থনম্বা

মফম অদুদা চৎখি, মফম অদুদস্ত মাইকৈ মরিমক্তা তারিবা রেড ইণ্ডিয়ানশিং অদুদা ভোকম থোকপা ব্যবহার ভোদবনা মখোয়গা মরূপ শান্নবদো কাইরে, মখোয়দগী করিমতা দরকার ওইবশিংস্ত ফংত্রে।

মতাং অদুদা কলম্বসনা খংলক্লে, ইণ্ডিয়ানশিং অসিগা চান্ন-চিন্নত্রবদি মখোয় শোয়দনা চাদবনা শিবা তারে। অদুবু নোংমগী মথংদা নোংমা, হাপ্তা অমগী মথংদা হাপ্তা অমা হৌত্রে. অদুবু মখোয়দগী মতেং ফংবগী খুদম অমতা উরক্তরে! মমৈ-দদি চরা হেনবমক্তনা মখোয় শিগদোরে, মতাং অসিদা মচা মুপানা মাবু পুদুনা ফিভম অসিদগী কন্নবা স্পেনলোমদা হল্লক্লে।

কলম্বস অমুক হন্না স্পেনদা হল্লক্লে অদুবু কদায়দনো, মাগী অভিনন্দন? কদায়দনো মনম মুংশিরবা লৈরাংপরেং!

খ্বাইদগী অরাবদি, কলম্বসনা হন্দক লাকপা অসিদা রাণী ইসাবেলা নোঙ্গাখ্রে হায়বা পাও অসি তারে। মতম অদুদা মাগী করিগুম্বা আশা অমত্তা লৈতরে। নিংথৌ ফার্ডিন্যাণ্ডনা অস্নুম অস্নুম কলম্বসপু কাওবিখরে।

কলম্বসনা হেক হেক পুখোক্লম্বা লৈপাক্তা স্পেনগী রাজ-দণ্ডুদো মপুংফানা য়োশিনখিবনি। অদুবুনে ওস্লোকই! মরাইবক থিরবা অহল ওইরবা কলম্বসকী পাও লৌবিনবা অমদি কান্ন-রনি হায়না মপুক্তা থনবিনবা কনা অমত্তা লৈখিদরে। রাণী ইসাবেলানা মাগীদমক থা খুদিংগী বৃত্তি পিননবা থৌরাং তৌ-বিরম্মী, অদুবু থৌওইবিদবনা মদুগুম্বু হৌজিক্তি থিংত্রে।

মানা তৌজখিবা মনাবু অসিরা—লৈপাকমচা তারবা ইউ-রোপতা মতম অদুগী তৌবিমলগীদমক উৎপ্রিবা খোদৌ অদু নিংশিংলুবগা মুংশাম্বর খিংনরি-খাংডদরি।

পৃথিবী তংখাই অমগী পাও পিররিবা মুপা অসিবু মতম অদুদা স্পেনগী নিংথৌগী শোরোক-লৈয়াংদা চাকনিবগী মতৌগুম কোইনা চৎখি—মাগীনি হায়দুনা লৈননবা পিক্রবা খাংপোক অম-কাও নিংখিনা লৈখিদে, চানিংঙাই লৈতবনা মহাক্না মতম অদুদা য়ুমথোং অমদগী য়ুমথোং অমদা ভিক্ষা নিবা কোইনা চৎখি।

মতম অসিদফাও নিংথৌ ফার্ডিন্যাণ্ডনা কলম্বসকী মাইকৈদা মিৎচিনফাও য়েংবিখিদে।

মতৌ অসুম্না তমখিনা কাওথোকখিবা অমদি লাইরূ-চুদৎ-পগী মৈমুংদা কলম্বসনা খৃষ্টাব্দ ১৫০৬ কী মে তাং ২০ দা অরোইবা মঙংগুম অসিগুম্বা অচৌবা খোংচৎ অমগীদমক খোরক্লে, অসিগুম্বা খোংচৎ অসিদগী মীওইবনা কদৌঙৈদসু হন্নরক্ত্রবা খোংচৎতুদনি মাগী হন্দকী খোংচৎসে।

---

# লৈখিদ্রবা মতুংদা

১৫০৬ খৃষ্টাব্দগী মে তাং ২০, জগৎকী ইতিহাসতা নিং-নিংঙাই ওইরবা মুমিৎ অমনি। অনৌবা জগৎপু পুথোকপিরম্বা ক্রিষ্টোফর কলম্বনা মুমিৎ অসিদা মোমমনবনা চোকথরবা অমদি

থওইবিদবনা মথম্মোই কাইরদুনা স্পেনগী ভ্যাল্যাডোলিদ (Valla-dolid) সহরগী কবরগী মথাদা মাগী অরোইবা পে'থাকম থিরি'লম অনৌবা পুর্মোক্লিংবগী নেশাদা ভাওথ্রব, অরাবা কয়া থাংনা থাংনা—মালেম লেশা অসিগী মাগুম্ব' মচা অতৈ থমা লৈত্রবা অসে ১৪৯২ ইংদগী তশেংনমক সমুদ্রগী ঈথক ঈপোম থরা থরা অরা অনং কয়াগা চোকথ্ পিরম্থ্রবনি. অদুদগী হেন্দোক্কুনা তোবিমল থংদ্রবা মীশিংনা ম'বু মীনোক মীচৈগী চেফুনা ফুবি-বিবনা মথম্মোহ শোকথ্রুনা মমৈদা চান-থরবা লৈতবা হায়বা অদুগা মতম কুইনগী ওমদাইনদুনা ভিক্ষু ক্লিল প'ইদুনা কোই-চংচথ্রমনি। অসিগুম্বা মবাইবক লিরবা কলম্বসগী মৃতম কুইনগী মুক্তি ফংথিবা নুমিৎনি খৃষ্টাব্দ ১৫০৬গী মে তাং ২০।

কনাগুম্বা সম্রাট অমদ সম্রাজ্ঞ্যগী চানবিবা নত্রগা চান-বিদবা, মরৈপ কী মীনা নত্রগা মজাতিনা নুংশিবিবা নত্রগা মমিৎ-শুকপা অমদ লৈত-লাইরগী মৈথু, চাবা ফংদবগী চবাম চঙংনবা পুম্নমক অসে হৌজিক্কি মাগী কবরগী মপান্নামদা ওম্না লৈখ্রে। নৈবিবা, ওংপিব, ওম্নরোহদবা কলম্বস অসি মাগী অরোইবা ফমুংথক্তা য়াতারদুন' তুমথুন হুন্দুনা লৈত্রে।

কলম্বসকী অমর-অত্মাদি শান্তি ওইনা য়াতাথরে চুম্মী, অদুবু—পৃথিবীসিদি? মাগী মরৈপাক-মজাতিশিংদি? মথোয়দুবু শান্তি ফংনা লৈবা ওমলিব্রা? ওমদে।

পৃথিবীগী জ্ঞান পঙ্গৈবু মান' হেনগংহনবিরম্বা, পৃথিবীগী ঐশ্বর্য্য মানা চাওথংহনবিরম্বা মীওইবগী মিৎয়েংবু মচাক্লা মপান

নাইত্রবা সগ্রত্রী মতোপ্পা নাকন অমরোমদা চিংবিরম্বা মাগী মফমদা মতিকচাবা ইকাইখুম্নবা উংঙমখিদবা মখোয় অতুগী শান্তি ফংবদি ওইখোক্রবনি। কলম্বসনা শিরদুনা মাবু সমাধি তৌরবা মতুংদা নিয়তিগী চক্রন লৈদুনা লংক্লিবা পৃথিবীগী হিসাব নিকাশ তৌরে

জগৎনা মাবু কাওবিবিব, জগৎসিনা কলম্বসনা হায়ভমদনা ঈশাংবা লংবদু থাংগ্রবা, মদু খল্লুবদা তুচুংনিংঙাইনি। মতুংদা মাগীদমক অর-নুংনাংবা মতম অমা লাক্লরে! মদুদগী কলম্বসপু, জগৎন থংবদুবা চিক্লবা কবরগী মখাদা থম্বদু ওম্বরক্লে—পন্দনা কবর তৌরবদু তৌখাইরে, মাগী মশা তোং য়াওক্লবদু হুন্দোকলদুনা ১৫১৩ খৃষ্টাব্দদা গেন্ন থোইনা ধূমধাম তৌবগা লোইননা কবর অমুক হন্না তৌরে, মফমদু স্পেনগী 'সেভাইল' (Seville) সহরদনি।

অমসগী মতুং চহি ২২ রোম তুমিন্না লৈখ্রে। স্পেনগী রাজদগুনা হান্নগী আরবা পৃথিবী অসিগী মপু ওইরকপদা অনৌবা জগৎ অসিগা নিংখিনা শম্ন-খোংনরকলে। স্পেন অমদি মতম অদুগী ইউরোপনা মতম অসিদা কলম্বসতা ইকাইখুম্নবা উৎপদা লিকচবা ঙম্লক্লরে. মরমদি, অনৌবা জগৎ অসিগী ঐশ্বর্য্য, অনৌবা জগৎ অসিগী পরিচয়না মখোয়গী মমিংত্তা মতম অদুদা ইনৌ নৌবা কোরৌ মশেক অমগী মঙানগুম্না ঙাল্লরে।

অশোমদা—নোংচূপ লোমদস্থ, অনৌবা জগৎ অমগুম অরিবা জগৎ অসিবু থোকলে, মখোয়না কদাইদা লৈরম্বা অদুগা কদাই-

দগী মখোয়না লাকলিবা! খোংমাল্লব্রবা মী ওইদুনা, খুম্ভবা কা অমদগী মনুংগুম্বা পৃথিবীগী পিকস্রবা মকম অমদা লৈরমদুনা মখোয়না ইঙাও ঙাওনা মপুন্সী লেললম্বনি, তোইঙম্বসুং হৌজিক্কি মখোয়না পাক-চাওরবা মালেম পৃথিদা লৈবা মীওই ওইজরদুনা পুন্নমকী মমাংদা মান্নবা মর্য্যাদাগী মপু ওইজরে।

নোংপোক নোংচুপ অনিমক্না পূকচেল তিন্নবা য়াহং অসে চপ মান্ননা হুংনরকলে কনানো, কনানোনে ম'সগী মরু ওইরিববো? নোংপোকী অহিবা জগৎকা নোংচুপকী অনৌবা জগৎকা শিক্লেং অমত্তদা পরেং মান্ননা চিংশিল্লক্কুনা লেপফল্লিব অসিবু কনাননে? তোমল থংবা থম্মোইশিংগী মথম্মোইদগী চপ মান্ননা পাওথুম পিরি—মহাক্তো কলম্বসনি।

অসুম্বা থন্নরকপগা লোইন-লোইননা মখোয়গী ভক্তি লৈবা হেন্নকলে। নোংচুপকী অনৌবা জগৎতা ভক্তি অসে শন্দোক্লে। নোংচুপকী অনৌবা জগৎ অসিগী লম মচেৎ অমদা কলম্বসনা স্পেনগী মমিং লৌদুনা খোল্লম্বী, 'হিস্পেনিয়োলা' হায়বদি 'অপিকপা স্পেন'।—(হৌজিক্কা নোংচুপ ভারতকী দ্বীপ মপৈগী হাইতি দ্বীপকী মনুংচনবা), মকম অসিদগী দাবি অমা লাক্লে— আবিষ্কারক কলম্বসকী মশাগী শরু অসি মখোয়না মকম অসিদা ফুমগনি হায়না।

মতুমক তোপ্রে। ১৫৩৬ খৃষ্টাব্দদা কলম্বস অদুগা মচানুপাগী মশাগী শরু অদু হিস্প্যানিয়োলাগী স্যান্টো-ডোমিঙ্গোদা পুরক্কুনা কবর তোয়রে।

চহি নিফুমঙারোমগী মমাংদা ১৪৯২ খৃষ্টাব্দদা কলম্বসনা খোংদারুবা লৈপাক অদুদা ঙসি মহাক্কী শেংলবা অমর আত্মানা শান্তি ওইনা পোত্থাবা হৌর ক্রু। অহানবা খোংদাবা মুমিৎ অদুদা, মামা মফম অদুবু মুংশিজখিবা, আশা অমদি ঈখৌলাংবনা ঙাওবনা মথম্মোইমুংদা অচৌবা আন্দোলন অমা চত্থখিবনি, শাংলবা চহি নিফুমঙাগী মতুং অসিদা লৈপাক অসিগী ঈশিং-মুংশিংনা য়েৎবদা মাগী চোকথরবা আত্মা অদুনা শান্তি ফংলমগনি নিংঙি।

ঙসিদি কলম্বসকী কয়াদা লেমজনিংঙাই ওইরবা! পুথোক-ত্রিবা শকথংদ্রিবা অনৌবা দেশ—মদুবু মানা পুথোকচরগা হি-স্পেনোলিয়াদা লৈজরে মহাক। তৌবিমল থংজ্রবা পৃথিবীনা নোক্রু-বিরুবা মচা আবিষ্কারক কলম্বসসে—শান্তি ওইনা মতম কুইনগী য়াতাররে মক্ষমসিদা।

হৌজিক অসিদা তশেংনা কলম্বসকী তৌবিমল থংববু পুন্নমক্না উৎলে হায়বসী তশেংবা প্রমাণ মসিনা উৎলে। অনৌবা অমসুং অরিবা পৃথিবীগী মীওইনা কলম্বসকী জয়ধ্বনিনা নিন্নরক্লে।

অসুম্না শাংলবা চহি চনিয়াথ্রেরোম মতৌ অসুম্না হৌখ্রে। অদুগী মতুং থরা লৈরগা হায়বদি ১৭৯৫ খৃষ্টাব্দদা কলম্বসকা তুমলুরবা আত্মাধু অমুক হন্না য়াকাইরে। তুমলুরবা কলম্বসকী হকচাংগী শরুক অদু অনৌবা মওংদা সমাধি অমুক তৌরে—কিউবাগী 'হাভানা' সহরদা ওইথিবনি হন্দকমুক্কী সমাধি মক্ষন্না !

মসিদগী থরা লৈরগা কিউবাদা অকীবগী মশক ওইরবা লাঞ্জাও অমা থোকখরে—মাগী শান্তিপূর্ণ ওইরবা মফম অদুদা

লালগী মৈখু অমদি চাৎনা-শুনবগী ই'থিল্লা ইনিন নিমত্রে—লাম্বা-নরিবা অনিমক্কা শিক্ষা, সংস্কৃতি পুম্বা লাল অসিদা লুপশিনত্রে!

অদুদগী লাল লোইত্রে—মতুং অসিদা অমুক অনৌবা মীকপ অমা থোরক্লে। অরিবা পৃথিবীগী ইউরোপতনি—অথল্লনা হায়র-বদা স্পেনদনি অনৌবা য়াথলগী ঈথিন অমা লাক্লরিবা অসে। কলম্বসসে মখোয়গী মী অমনি। ঐখোয়গী দেশকী নিংথৌ ফাডিগ্যাণ্ড অদুগা য়াণী ইসাবেলাগী মতেংদগী কলম্বসনা মায়-পাকপগী ফীরাল পায়খিবনি—অনৌবা জগৎ অমা পুথোক্লবগী মরমদা ঙাওরুবনি! কলম্বসকী আবিষ্কার অসে—ঐখোয়গী স্পেন্না তৌবা আবিষ্কারমকনি! কলম্বসকী বিজয় অসিমক স্পেনগী বিজয়নি! কলম্বস মশামক্লা মসি য়ারম্বনি—মানা মসি য়ারম্বনা মানা পুথোকখিবা লমগী শরুক অসিবু "হিস্পেনোলিয়।" হায়বদি অপিকপা স্পেন হায়না থোল্লমলিবাসনি। অদু ওইরবদি মাগী মশা সমাধি তৌফম ওইবগী মিংচৎ অদো—ঐখোয় স্পেন্না ফংফম থোকই।

মরম অসিদগী কলম্বসকী শরু অদু মখোয়না লৌরুরগা স্পেনদা ইনৌ নৌনা কবর তৌবা হায়বা য়াফমসি স্পেন্না লেপ্নরে।

১৮৯৯ খৃষ্টাব্দদা হায়বদি হ্যাভানাদা কবর তৌব্রবা মতুং চহি চামগী মতুংদা কবরগী থোং অদু নৌনা অমুক হাংদোক্লে—অদুদগী মীয়াম হৈনা, চাওনা ধুম-ধাম তৌদুনা মাগী মশাগী শরু অদো স্পেনগী গ্র্যানাডা সহরদা পুথক্লে।

গ্র্যানাডাগী কবরদা কলম্বসনা চহি খরা তুমজত্নুনা লৈরে, অত্নুদগী ১৯০২ খৃষ্টাব্দগী অরোইবদা অমুক হন্না মাগী নিংথিনা তুংখুন তাল্লিবা অত্নবু য়াকাবিত্নুনা মাগী মশাগী শরু অদু অমুক হন্না স্পেনগী সেভাউল সহরদা পুরক্লে!

মফম অসিদা ফজরবা স্মৃতি মন্দির, অমর আবিষ্কারকশী হচাংগী শরু অত্নু পমহন্ননবা লৈতেম লম্পাক; পলেম তম্পাক্কী মতৌগুম লাইমা ফজে, ইংঙি, চিকই মফমত্নু, হায়রিবা মন্দির অসিদনা কলম্বসকী পুন্যাচেল্লবা হকচাংগী শরু অদু ছৌজিক ফাওবা পন্নত্নুনা লাইমা চিং-লেন্না লেপত্নুনা লৈরি।

নোংমদোন্দা কোরোহনবা মাস্থু লেংদনা থোকলি, মালেমদা লোইবা চৌংজাওশিংস্থ লেংদনা লেপ্তুনা লৈরি নোংদোন থেকরাংননা! অত্নুগুমত্নুনা মালেম অসিদা ঙসি অসিগুম্বা অমর কীর্তি কলম্বসকী মিংচৎ অসিনস্থ লেংদনা লৈরি। মালেম অসিগী পুন্সিদা কদোমৈদা অসিগুম্বা মিংচৎ অসিবু মহেং তাহনবা ঙম্লরোই— ঙম্লরোই স্থকঙম—মিংচৎসে অমাং অতা লৈত্রবনি—অমরনি।

# পূন্সি-খোংচৎ

পোকপা ১৪৪৬ খৃষ্টাব্দ,

অহানবা খোংচৎ ১৪৯২ খৃষ্টাব্দগী আগষ্ট তাং ৩,

সান সালভাডোর থোনবা ১৪৯২ খৃষ্টাব্দগী ওক্টোবর তাং ১২,

অহুমশুবা খোংচৎ অমসুং থা আমেরিকাদা কুমথবা

খৃষ্টাব্দ ১৪৯৮,

লোঙ্গাবা ১৫০৬ খৃষ্টাব্দগী মে তাং ২০,

লোইরে।

তাং ৩। ৫। ৭০ ইং

নোংমাইজিং